ꯁꯤꯡꯖꯨ ꯃꯊꯦꯜ

# শিংজু মথেল

(শৈরেং অমদি প্রমান পাঙ্থে, পাউরৌ পাউতাকশিং)

ইরবা:

**শ্রীতোলচৌ শমজেৎশাবম**

থোংজাও

[illegible]

# শিংজু মথেল

(শৈরেং অমদি প্রমান পাস্থে, পাউরৌ পাউতাকশিং)


ইরবা

শ্রীতোলচৌ শমজেৎশাবম

থোংজাও

# শিংজু মথেল
## (শৈবেং অমসুং চীস্থাঙ ব্রাহে)


*অইবা* : *শ্রীতোলাচো শমাজৎশাবম*

*আফোঙবী* : *শমাজৎশাবম ওংবী আগ্নি দেবী*

*অহানবা ফোঙবা* : *অগষ্ট ২০০২ ।*

*কোপী মশিং* *৫০০ (চামঙা)*

*নম্ফম* *পাইওনিযব ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং ।*

*মমল* *লূপা ৪০ (নিফূ)*

কখোকপদা অখাকপা লৈখিদ্রবা

মবৈবাক অমদি মীওইবা খুন্নাইগীদমক

হে জন নেতা ইবাবত

কচ্চবি নঙোন্দা

ঐগী শৈবেংগী লাইবিক মচা অমত্তং

কচ্চবিবা

\- অইবা



# ৱাহৈ খবদং

*ঐগী **শিংজু মাখল** হায়না মিংথোঞ্জবা লাইবিক অসি শৈরেং অমদি চীঙ্গাঙ বাহৈ অনীনা পূনশিল্লগা শেমজবা মাখল অমনি। খণ্ড-হৈদুনা ইজবা নৎচদে। পামজকুবদগী হোৎনজবনি । ইজবিবা অসিদা অবান-অহূই কয়া যাওবন্না যাই মদু ঐনা খণ্ডজদবগীনি, মদু পাবিবিবশিংনা থেংনবিদুনা তাকপিবল্লগদি হৰাউজগনি।*

*অমুক্কা -*

*থায়নগী ঈপা ইপুশিংনা আতেনবা বাহৈদা কান্নববা প্রমান -পাহ্থ, পাউৱো-পাওতাক কয়া থম্বিবম্মী, মদু চীঙ্গাং যৈনা ঙসিসু ঙাংনবি। মদুগী চীন্দুং ইঞ্জবগা আনৌবা খবদং হাপচিঞ্জনিংদুনা হোৎনজৈ। পীজবিবা চীঙ্গাঙ বাহৈশিং অসি অবিবদগী ১২০ খোমজিঞ্জে। আনৌবা ১০০ না অখণ্ড অহৈ তানবগা পুথোকচবনি। মসিদা অবানবা বাহৈ বাতা যাওবন্লবসু ঐনা খণ্ডজদবদগীনি ঙাকপিগনি খাঞ্জে ।*

*ঐনা ইজবিবসী মীমাঙদা পুথোক ঙম্বগী থৌনা লৈজবন্না নাত্তে, লাইবক ফবদগী হিয়াংলমদা লৈবা ওজা শ্রী যুক্ত মাইবম নবকিশোর সিংহগা তাঞ্জা অমদা থেংনজকই। ওজানা মশাগী অচিনবা থবক কাইথোকপিবগা ঐগী খুৎই লাইবিক অদু পাবিখি। পাবিববা মতুংদা ফোঙনবা থৌনা অমসু হাপ্পীখি। ঐনা খণ্ডবা কয়াসু তাকপিখি। মবম অদুনা ওজাগী তৌবিমল পুক্সি চুপ্পগী কাউজাবাই । লোয়নবা পাইওনিয়র ওফাসট প্রিন্টর্স ককচিংগী ইচীল-ইনাওশিংনসু পাংবা যাবা মতেং কয়ামকম পাংবিবগীদমক ঙমখি নাইদনা থাগৎচবি ।*

**- অইবা**

# যাওফম তাকপা

# কৎচবা

কৎচনীং লৈবাং পবেং অপিখক ।
ঈমাই ঙকশম মতা ফ ।
ঙাওব ঐগী ৱাখল্ল ।
থীকনেম ঐনা লামজ ফং ।
অফং অফং লৈচন শেম ।
চঙজকইনে ঙল্লি খন ।
ঈমা নঙগী নাক্ত তম ।
ভৈনবল্লে নীংজ ঐগী আশা ।
কৎনবল্লে লৈচন লৈচু খিবিক্লা ।
মমানীংবা মচা কয়া কযাগী ।
ঈমা নঙগী মন্দিব নুং ।
ঙমজদবেনে পুথোকচ পাঙদ ঐগী ।
মতীক চাদ লৈবাং পবেংসে ।
চঙসী চঙঙমদ, হনসী হনঙমদ ।
ইকাই নুংশি যান্নজ ।
মল্ল চবৈ নুংদ চেৎন পায ।
লেপ্পুনা   লৈজবে সুম
তাজৈনে চানবিহৈ নহাক্তী ।
ওইবত্রনে ইবাল খঙজকদবনা
খঙজবে ঙসিদি ঈমাই গুন ।
লৎনবিগনু ঈমা নচাবু ।
পেঞ্জগে নচানা কৌবিদ্রফাও
নোকপিয়ু অমুক্তং মোমোন মীনোক্তো
থমজবে সীদা খোঙলম্বী ।

ঈমা নঙগী খোঙনেৎনফম ।
নেত্তদি নেৎপিযুবা মুক্তং
ওইজগে পেঞ্জবা মদুনা ।
চেংলৌ শক্তম নীংথিবী
হে ঈমা সরস্বতী । ❑

# হঞ্জিনবিরো হাম্নগী শক্তমদা

ঈমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী ।
শোঞ্জগে কোলোয ঈমা নহাক্কী ।
তাজৈনে পেনবি হায়দোক্লগা অশেংবা ।
হাযজগে পঙল নচা ঐহাক্লা
অউ অউ অখঙ অখঙ :-
চীঙলুকোক কয়ানা পনশাবা লম ।
মীথীঙ্গায়ন লৈকায় লীংব লম
মালেমগী অথোইবীনি কবক্সন ব্রাংবদা ।
লাঙ্গোয চল্লবীনি লন্দোন্না নঙদি ।
হাৎনবি কাপ্লবি নোংম কাংদনা
ব্রাখন খেনবা নচা কযানা ।
ককঙাওনবি নচা লাখ লাখনা ।
তান্নবি থবক পীযু হাযনা ।
ঙমদে পীবসু নচাগী সবকাবনা ।
লৈতবীনি কল-কাবখানা ফার্ম ফেক্তবী ।
বন্দ স্ত্রাইক আন্দোলন ধাবনা ।
মবাং কায়বী লৈবাক্লী নঙদি ।
কতন পঙলাইচু পোকপী মমানি ।
হে ঈমা লৈবাক মণিপুব ।
হাযনবম্বদাইনে অসুম্না মতম 'মদা
লৈতে নঙগুম্না নীংথিবী ঈমা
ব্রাৎপা কৌবা লৈতবী ঈমানী ।
নীংথিবী মণিগী লৈবাক মণিপুব ।
উবিবা নচানা শক্তম ময়ামসে ।
মঙলা তাইবঙলা তাকপিবো নচাদা ।

ওইববদি অচুম্বা তাইবঙগী মতৌসে ।
হঞ্জিনবিবো শক্তমদো হান্নগুম নীংথিবী
অকন অথৌ পোকথিবীনি নঙদি ।
মীচঙ মীখায নাইদবীনি ।
চীঙমী তম্মী নচা ঙাক্লি ।
নেল্লম্বনি নুংশি চান্ন ।
মচীন মনাও ওই'বৈ ।
মমানী নঙদি অফবা শান্নবোযশিংগী ।
শকখঙবীনি মালেম্মা জগোয লিলাদা ।
হে ঈমা লৈবাক মণিপুব । ❑

# অখাঙ কল্লু

খাঙবদা কল্লু ।
হোৎনবদা তোক্কনু ।
খনবদা লেপকনু ।
তনগনু থিজিনবদা ।
পাঙ্গনি নথৌ
যৌগনি পম্বুং ।
থম্মু থাজবা ।
শোযবোই নোংমদি ।
ঙাওগনু ওইজবমদা ।
খন্দুনা নশাগীদা ।
লাৎলু অচুম্ববু ।
তৌগনু অবানবদু ।
ফংগনি নুংঙাইবা ।
অশেংবা পুন্সীগী ।
কাযগনু নীংবা
মাযোক্লবিঙে অৱাবা
নুংঙাইনৈ ৱাবগা ।
ৱানৈ নুংঙাইবগা ।
খল্লগা লৌশিং ।
থেংনবগা যৌনা ।
খঙলগা কিদবা ।
পূনশিল্লগা পাঙ্গল ।
নোংমদি শোযবোই ।
লৈবনি পাউবৌ ।
খাঙবদ কল্লু ।
হোৎনবদা তোক্কনু । ❑

# লৌবুক লৈরি

সাহিত্য লৈকোন নীংথিবী ।
লৈশাং শুনা তিল্লিবী ।
যেংখি যেংখি খুদিংদ ।
ব্রাংপা কৌবা নাইদবী ।
ঈমা নওগী লৈকোন্নুং ।
শাংচনীংই ঈনীংতৌ ।
উৎচনীংই মকালাম ।
হেকপিবগা মালিনা ।
সেম্পাক থক্তা লৈহাপ্ল
ঈমা নওগী খুযাখা ।
লৈবাং লৈকৎনবদো ।
নচা ঐদি কদাযনো ।
লৈবাং লৈচু নীংথিদে ।
শীংঙেন লৈনম চাউজদে ।
লৈবাং লৈশীং চনবিদে ।
লৌবুক লৈবি খোঙনেম্বী ।
থাবা উল্লেন খাঙজবীনি ।
কাউবেন খোঙনেৎনবীনি ।
চানবিযুবা নচা ঐহাকপু ।
থম্বিগনুবা মিৎলমগী ব্রাংমদা ।
যাওহনবিযু সেম্পাক থক ।
তিনহলবিযু লৈবাং লক ।
ফংহনবিযু ঈমা নওগী
খুযা থম্বান নীংথিবী ।
সাহিত্য লৈকোনগী লাইবেম্বী ॥ ❑

# বসন্ত লৈকোন্

হে বসন্ত লৈকোন্ নীংথিবী ।
যেংবৈ পেনবা নাইদবী ।
নিংথম উল্লেন মতমদা
অঙ্গৈং চৈনা খাঙদুনা
তুমিন তুমিন লেপহৌবা ।
বসন্ত ঋতু মপাউখোল
যেন্নীং থানা লাক্লবদা
অরা মৈশা কোল্লবোই ।
হৈপাল লৈপাল খূদিংমক
লৈশাং লোইনা তম ।
নাপী হানৌ পুমশং শং ।
লৈবাং লৈচু খিবিক্লা ।
হবাউ মকা লান্ন শাৎ ।
শীঙেন লৈনম শীনবা থুং ।
লৈনমদা ঙাওজবা খোইমুও
ঙংন ঙংন পাইবদি ।
খোযদাবা লৈবাং থিববা ।
হো খোইনীং লাবা কেদাবা
নঙক চেপ্তক যেংবদি
অঙাঙ কুবাউ মপান্দ তোংদুনা ।
নবোল লোন্ন খোংবদি
নশাবী নমান কৌববা ?
নথৌ চিনবী হয়িংখোইশা
হঙ্গাম মপান চুপ্পদি
ঙাইহাক্তবু পোখাদে ।
পামখ্রবোইদা লৈহীদো ।

হায তুমিন অঙাওবা কুবাকও
কবি চীবোল তৌশিল্লি ।
হব্রাই থবাক মপান্দ ।
হাযযু চবোয় চেক্লা চীঙ্গীবী
ক্বাক্কী তুবু ফোযবিবী
ক্বাক্কী মবাল কবিনো ?
শেন্দাং শঙ্খু মাযথকপী
অমনা ঙাংলে তানদবী
নাপুঙ মকম লাঙ্গনবী
যেক্ল কনাবু তানবনো ।
লাউনে যেংলসী চান্নবী ।
নীংথিবে ঙসি বসন্ত লৈকোনসে ।
উবেনে ঐসু চান্নবী ।
লৈবাংনা লৈশাৎ তল্লিঙৈ
শীঙেন্না লৈহী চেল্লিঙৈ ।
তাইবঙ লৈবাংগ চাংদন্নৈ ।
লৈবাং লৈখোক লোযদুনা
শীংঙেন চোইজাইন কেনবদি
তাইবঙ চীন্দম হৈবাংই ।
তাইবঙ লৈবাং নীংথিবী
চুপখ্রবদা মিহৌ খোইমুমানা
লৈবাং মাগী লৈহীদো ।
চোইজাইন কেনবদি লৈমাযথক
লৈবাংন লৈখোক লোযদুনা ।
শীঙেন অবেম্বা তাজৈদো
লৈবাং অতিংঙা ওইজৈদো
কল্লকইদা কল্লকই চান্নবী ।

## তন্দন

তন্দন্নী - তন্দন ঐদি
অনেম্বা নাপীদা তোংজবা ।
ঙমজদে পাইজ হাঙল মালংদ
কল্প শাফুনা নুংশিংকী ।
লৈজদে ইঙালসু ঐহাক্কী
ঙাল্ল থাবলগী মঙান্দা
লৈজদে পাঙ্গল থৌনা
কুফেৎ কাফেৎনি ঐদি ।
পাঙ্গনি ইথৌ ঈশাগী
কোকহনগনি অহিংগী-অমম্বা ।
তেংবাংগে খবদং অঙম্বা
লম্বী চৎলিবা নখোযগী ।
ইঙা নোংজু লাক্লবদা
চেনগনি কুমগী মপাউ ।
পাইদুনা নেম্না নেম্না
শূক্ল মম্ল অহিংদা
নেৎকনু নখোঙন ঐবু
হো লম্বী চৎলিবশা ।
ঙমজদে থিংজবা ঙাঙজবা
শীক্লবা শোল্লবা ঐহাক্ল
খল্লি ঐন নঙবু
উদ্রসু ঐবু নঙন ।
ফগনি নঙগীসু ঐগীসু
তাও ঐগী ব্রাকৎ ।
তন্দন্নী তন্দন ঐদি
অনেম্বা নাপীদা তোংবা । ❑

# লোক্তাক পাৎকী দৃশ্য

লোক্তাক পাৎকী ঈযাযদা,
ব্রাকযৈ হিবু হোল্লিবা ।
নৌবেন খুত্তা পাযদুনা
উন উন তামখিবা
তম্ব নঙবু কনানো ?

চীঙখোঙ চীঙযা ইশং শং ।
নাপী হানৌ লেংলেঙ লেঙ ।
কাওবেল শল্লুপ শজিক চা ।
চেক্লা শঙ্গু অতিযা তম ।
নোংগী মপৈ ইভৌ ভৌ ।

ঈলচিং লোংখোন ঙাথিবী
চনুবা ঈচল ঈচেশিং
লোংগী তান্দা নেত্তুনা
ঈলশোন জগোয শাদুনা
লেম্লে তুঙ্গোন থন্নবি ।

থবো থম্বাল থাবিকথা
লৈশাৎ তম্বী লৈবাংশিং
কেজ নৌজ শাৎচবি ।
মিহৌ চাউবা খোইমুনা
নাপ্প চীবোন তৌনবি ।

ঙানু কাংঙা মৈতুম্বী,
ঈতা ঙনবী চেক্লাশিং,
ঈংন তেনা শান্নবি,
কেনা নৌনা ঙানবি ।
লূব লাইজ ঈযাযদা ।

শীংঙুৎ শিংনাং তৌজেংলক ।
শানৌ নহা খোন্নৌবা ।
খুলঙ ঈশৈ শুবদা ।
খোম্থাং য়ৈন শৈশক্তা,
ঈলচিং লোংখোন শৈথাবি ।

ঈশৈগী শুব তাবদা ।
লোংগী তাম্থা তোক্কুনা,
ঈলচিং থৌবী থাদুনা ।
ঈশৈ খুৎলঙ হন্নবি ।
চনুবা নীংঙোন শকহেনবী ।

হিবম ঙাপোৎ পূবকপী ।
পলেম ঈমা খোঙয়াঙবী ।
ঙাব্দবাক তন্ন কোক্ত থোং ।
হিক্ব খোঙনেৎনবম্ন,
লমজাও সোবোক পাংখবে ।

সেন্দ্রা চীংজাও নীংথিবী
লোক্তাক ঈযায তোমথিনবী ।
শ্যাবী শ্যানৌ লমকোযচীঙ ।
চীঙতোন চীঙযাঙ কাবগা ।
মাযথোং মকা লাম্ন চীঙ ।

লোক্তাক পাত্তী নীংথিবী ।
মালেম শন্না মিংচৎপী ।
যেংবৈ পেনবা নাইদেদা ।
উবৈ ওকপা লৈতেদা
লোক্তাক পাৎকী দৃশ্যসে । ❑

## পি থাদোই

চীওযাগী লৈকোন নীংথিবী ।
হৈপাল লৈপাল চঙখোনবী ।
যেংখি যেংখি খূদিংমক ।
নুজাই থম্মোয হূবিবী ।
মালং লিবি নামিবা ।
হৈনম লৈনম পুদুনা ।
লমদম কৈদা হুম্বগে ?
হাদ চেক্লা পিথাদোই,
খোম্থাং যৈন খোংবদি
হৈনম লৈনম শহুমদা,
নুংঙাই ঈথক ইপোমদা.
বসন্ত মপাউ চেনববা ?
নুজা ওইবী ঐহাক্তী
চেক্লাগী খোঞ্জেন তাবগা ।
থম্মোয চৈনা ফংইদো ।
মাঞ্জ মশুংলাংগীদমক
নীংজবা আশা কাযবেদো
মাঞ্জ মাগী মিবেন্না
চেক্লা শক্তম লৌদুনা ।
নুংশি মপাউ তম্ববা ?
নত্রগা নীংব কাযববী
লাইবক থীবী ঐগুম্না
মশানৌ কাযনা মৈচাক্ল
থম্মোয চৈনা খাঙভমদ,
নীংবা কায়ব খোম্থাঙদ,

তেংথা নাওইনদুনা,
মপুগী খুৎশেম্মু চৈববা ?
তল্লোগবা হা চেক্লা নুংশিবী ।
খোম্থাং য়ৈন খোংলিবী ।
লাইবক থীবী নুজা ঐদি
লৈবাংগী ফজবা য়েংনীংদে ।
নীংথিবা হৈবাং চানীংদে ।
শীঙেনগী লৈনম নম্লীংদে ।
কোকিলগী শুব শাউনীংই ।
তল্লোগবা চেক্লা পিথাদোই ।
ঙাইঙমদবে চেক্লা নপাউখোল । ❑

## লৌবুক লাইরেম্বীনা কৌরি

লৌমী নঙবু নুংশিবা,
শাম পাঙ্গল ৱাত্তবা,
কুন্নাং চুপ্পা থৌশূবা,
পাবী নঙবু নুংশিবা,
নমা ঐনা কৌবিয়ে,
মায়থোং নুংশুক নুংজানা,
নীংব কায়ব শক্তমদা,
নশানৌ ঈবেম্ম চান্নবী,
পাবী নমোম নুংশিবা,
নুংশি চান্ন পাউমেন্ন,
লমদম তাম্ম চৎনীংন,
ফিয়োম খূত্তা পাযবদি
চৎখিনুনে নহাকপু ।
লুপা ফংগে খনববা,
সনা তানগে নীংববা ?
তম্মু শেংনা নপাউদু ।
অপাম্বদু পীগে হাযযু ।
পোযনু লৌবোক লোইবগা
নিংথম লৌবোক পাযখৎলো
অশংবা ফিজোন্ন ওইবনি
ওন্ন ওন্ন কুন্নাং চুপ্পা
নমাই অপাম ফিজোন্দি ।।
নমাই পাঙ্গন কন্নবা
অপাম্বা চীঞ্জাক পুবকউ
ইউবিযা ডাইমো পোটাস

কৌনবি মতমগী চীঙ্গাক,
খ্বাইদগী পাম্বা চীঙ্গাক্তী,
নমা ঐনা হৈনবা,
কম্পোষ্ট হাযবা অদুনি ।
লেম্না মাঙলোই কৈদৌনুং
মমা নীংবা মচাদি ।
লাকচহল্লোই কনানসু নঙবু
তম্পাক্ত লৈবিঙে নমাগী ।
কতন পোকপী চায়াম্বী
ওইক্কবনা মৈতৈ লৈমা ।
নমা ঐনা মাযখুল্লি ।
মীবমগী পোৎনা ইপোৎশা
অপৎ অপুম  চাবদি
কুন্নাং মশীং যান্নক্লে ।
চৎখিনু পাবী লাংফৈদা
ঈমাগী নীংবা থুংহল্লু ।
থৌজাল ঈবীক খিক্লগে ।
লৌমীগী অৱাবা কোকহনগে । ❑

# নীংশিংলকই নেতা মাবু

লৈঙাক মমৈ ৱাযবকণ্ডে,
সম্রাজ্যবাদী বৃটিশগী,
সাব চুড়াচান্দ মহাৰাজ,
সনা হাক্তক্কী ৱাবীনি ।
হাইন হুম্র পাল্লম্মী ।
লৈঙাক মপু অঙম্বশিং ।
মৈতৈ লৈবাক মণিপুব ।
লৈহল্লম্মী নিংথৌগী মীচঙদা ।
অকন অথৌ অশিংবশিং ।
কিহন্নবা মীচম প্রজা ।
হাইগৎহল্লমদে মকোক অমত্তা
লৌমী শিন্মী মীচম কনাগী ।
মীওৎ কাংবু ফমজা চা ।
ঙাঙনীংদ ঙাঙ তৌনীঙদ তৌ
ওৎপিবম্মী মথং মথং ।
নিংথৌ খনবা অঙম্বশিংন
কাউবমখিবোই ঙসিফাও
মৈতৈ ঈপা ঈপুশিং ।
আমিনগী চাকথা
পোখাঙ বেগাবি দোলাইবেং
খোঙ্গোইনবা পাং-তিংবা
লম্বী লমজাও সোবোক্তা
খাজনা থীঙমদ লৌমীশিং ।
কল্লম্মীদ কল্লম্মী অকনবা চৈবাক ।
পাঞ্চানা চন্দোলগী শেনখায ।
থিন্দবা য়াবমদে লাইবক্ত চন্দন ।

লোইবা নাইদে মীওং খুংলাই ।
পাল্লুবি খুদিং উমংদৈ উ,
শূক শুম্বল উকা লাঙ্গোন
লোযউ খাঙেন নাওনখোক
নৌবম্মী মাশুল চাউনা ।
যাবা নত্তে হেকচবা,
ইংখোয়ুংগী তেবা মহে,
মকাই কাদা হৌজবা ।
হি মত্তং শাজবা ।
ইংখোন্নুং পামেন যান্দুনা ।
তিংলম্বা ঙাক্নী মাশুলদো ।
ওম্খোকপা আইন, অঙকপৈ চৎনবী ।
কনাওম্বী মৈতৈ চনুবা
মীগী তালোয শকহেনবী ।
ফাখিনি নমদুনা মহাক্তু ।
নিংথৌনা খোয়দাবে হায়দুনা ।
ঙম্বা নত্তে মায়োক্নবা ।
মাগী নিপা মহাক্তুনা
থৌনা ফন লৈদুনসু ।
অঙাং ওন্দুনা তোব্বনি ।
লোইব নত্তে শীংথাদুনা ।
মীওং মীনৈ মতমদুগী ।
লৌমী ঙামী কনানা ।
ঙাথি লোংখোন চৎচবা ।
পাৎশেন লম্বান নৌবম্মী ।
মু নম্বা খোই চোপ্পা,
তুবেল তোবৈ মবিন্দা
যাবা নত্তে লম্বান থীদনা ।
জল সম্বন্ধী আইন্না ।
উবোকথোং খেব্বা লানবদা

শেল তিংনা লানহল্লি ।
লাক্লেদকো লাক্লেদ ওহ্নোক্ল ।
মীচম প্রজা লায়ববশিংদ ।
নিংথৌ খনব অঙম্বশিংন ।
শাফম লানফম অকনব ।
থেংনহল্লি মীচম প্রজাগ
তৌহল্লি থাঙ্গম পাৎ লানবন ।
মনন তিংদনা নমদুনা
কৈপল শাব কৈ কানবা ।
মৈহুম মোবোক সনায়াথং ।
বাবা নত্তে হায়জ নোঞ্জ ।
হাযথ্র লোইবে সনায়াথং ।
লৈতে থিবিনবা অচুম অবান ।
ঙম্লম্মী তাহ্নোক হাত্তোক ।
যাথং ইন্দবশিং নিংথৌগী ।
চাউবম্মীদ অঙক ফংন,
নিংথৌ মাগী শক্তিদো ।
ইহ্নোক ইনশিন অমাং অশেংগী
লৎন থোঙথিং লোই থাবা ।
মখল মথেন মীওৎ খুৎলাই ।
ব্রহ্ম সভা বতন কাংবু ।
মকোক্লী বিচাব ব্রায়েনগী ।
লুপা চামঙা নিংথৌনা ইহ্নোক'পৈ ।
লুপা চানিনী সনখ্যা অহনগীনা ।
ব্রহ্ম সভা লুপা ৮৫ নি ।
বতন কাংবুগীনা লুপা ৫০ ।
ওৎলম্মীদা মীচম প্রজাদা ।
লৌ খোইজবা লায়ববা লৌমীনা
বন পাবোৎ অনীদু,
যাব নত্তে পাবা

লাব অমোম পাদুনা ।
হাও মৈতৈ পাঙন ।
য়াব নত্তে চাবৌনবা ।
অথিংবা লৈ ধর্ম্মগী মিংদ ।
য়েক শলাই শাগৈ ।
থিজিল্লি কুপ্ল কুপ্ল ।
থেৎলম্মী নিংথৌগী নাকোং
হাযনৈ ফক্লাং খুদিং
ফনবা নত্তে ওৎপৈনি
ঙল্লখিদে ঙাঙব্র শকচ
খাঙজবা নত্তনা ৱানা ৱানা ।
মাযকৈ খূদিং হা হাকাব
মৈতৈ লৈবাক মণিপুব ।
অদুগুল্ল চিব তাঞ্জাদুদা
বংজখি মপাবী অমা
মৈতৈ লৈম ঈমাগী ।
লাযব কোন্দ পোকচখি
ইং কুমজা ১৮৯৬ নি
সেপ্টেম্বব ৩০ নুমিৎনি ।
হিজম শাগৈ ইবুংঙোহল ।
চোংথাম চনু থম্বান অঙাংবী
পম্লেম পম্মৌ কোলোয়নি ।
পাবী নৱা কোলোয়দি ।
ইবাবত হাযন থোনবনি ।
নোংদম্বা মাগী নোংদম্মু ।
হায়ঙমগনি তাইবং কনানা ।
পম্মৌ মপা শকখঙদ ।
নৱা পিশক ওইবিঙৈ
পম্মৌ ঙন্তা কাযনবে ।
চনহৌবেদো লুখ্রাশীংদ

লাইবক থীবী থম্মাল অঙাংবী
পাৰী চাউন উপায় থি
চঙক্রখিদো শৌগাইজম কোন ।
অঙাং নব্রা ইবাবত
লমজা শাবা চৈথেং ফং
পীক্ল লৌশিং চাউইদা ।
ওঙ্খোকনি অব্রাবদ অব্রাবা ।
মচা চাউবা ঙাইঙমদা
তাইবঙ পুন্সি থাদোক্লম্লে ।
লাইবক থীবী থম্মাল অঙাংবী
তশেংলে লমজাদ লমজা ।
মতীঙ নৈবা ইবাবত
ব্রানা ব্রান মহৈ তম ।
তৌক তৌক মশক থোক ।
মাওক মাওক মতোক ওই
ওইরকখি নৈবাক্ল শক মঙনবা ।
নিংথৌকোনগী মজাইরেম্মা,
চেংলৌ শক্তম নীংথিবী,
কোলোম নিংলেন খোমদোনসনানি ।
ময়াম্বুং ইবুংঙো চন্দ্রহাসগী
তাঙন ফংজবী মমোন্নী ।
অওঙ্ অউন চাউন তম
লুহোংলেদো ইবাবত ।
মশ্মাক ইবুংঙো নিংথোন ফং
নিংথৌকোনগী যমজাওবা
বায়েন চুপ্পী খুত্তা পায
অকা অকৃম দোলাই তোং ।
কয়াগী মতীক নীংথিবা ।
যমজাও কাবে চাউদবা ।
অচুম বায়েন নৈঙাকপ ।

অশোন অনা খৌজানবা ।
মাঙলমচৎপু কাউদবা ।
তুংলম্বীবু উঙম্বা ।
অব্রাব কোক্রবা লৈবাক্কী ।
মবুক্লীংদা খল্লক্লে ইবাবত ।
অশোনবদা পাঙ্গন হাপ ।
অপঙবদা লৌশিং পী ।
মথং মথং মিকপ থোক
মঙফাওনহল্লে লৌমী শিম্মী ।
অশোনবৈ মায়কৈদা ইবাবত
নিংথৌ ইবাবত্র য়ানবক্লে ।
তানবক্লে নাকপাক নাকপাক ।
মীয়ামগী য়াইফনবা খনবদা ।
অচৌ ফম্মু থাদোক্লে ।
কন্না মুক্রবক্লে নিংথৌ প্রজা
খাঙখি জেলগী অব্রাবা
তাঙল মতম পুক্লিগী
থেংনখি থৌনা লৈনা
পুবর্বানচল শেম্বগী মতাং
ভাবত সবকাবগী মায়োক্তা
পুংদোংবম ঘটনা অহকপা
নুমিৎতুদগী মহাক
য়াখিদবনি ফোংন লৈবা ।
হোৎনখি মাবু ফানবা ।
লাউথোকখি মনা চাউন পীগনি
মাবু ফাবা ঙম্বা মীশক্তা ।
ঙমখিদবনি মাবু ফাবা ।
মাগী খোঙচৎ অবোইবা ।
ওইখি ব্রর্ম্মা খোঙচৎন ।
শিম্থখি মিৎকী পিবাং

লেপ্লগা অব্রাংব চীংদোন্দা
মমা লৈবাক নুংশিবগীদমক ।
খঙহন্নখি ব্রর্ম্মা লৈবাক্তা ।
মবৈবাক নীংবৈ থৌনা ।
খঙনখি লৈবাক্কুগী বিপ্লবীশিংনা
তানখি অবোইবা ম্নাহিপ ।
অঙ্গো চীংগী চীঙখোঙদা ।
তাঙবো খুনগী ময়াদা ।
উংখি ইকাই খুম্নবা ।
ব্রর্ম্মা লৈবাকী বিপ্লবীশিংনা ।
কমবেড মাগী মফমদা ।
লোমখি পূল্সি সেপ্তেম্বব ২৬
পোকখি মহাক সেপ্তেম্বব ৩০
তাখি অন্দবগ্রাউণ্ড সেপ্তেম্বব ২১
নীংশিংলকই নেতা মাবু
সেপ্তেম্বব থানা লাক্লবদা
হে জননেতা ইবাবত
হে জননেতা ইবাবত । ❑

# লায়র তেংথা

হে বিজ্ঞানগী মেছিন ইঞ্জিল ।
যেক্রুবনি যেক্রুবা নখোয়সে ।
মুনবিখবে নখোয় খিবিক্র ।
লাযব ঐগী থবক পূন্বা ।
শম্বোং খুৎশু তাল্লম্বা
ত্রেক্টব নঙন মুনবিখ্রে ।
পূম্বী খোংবান তৌবম্বা
যোৎপাক তেংলৈ ফুক্লগা
ড্রোজব নঙন ফুকখবে ।
গাডী কিবায়া তাল্লম্বা ।
ষনগী পাবোৎ পাযবগা ।
তানখবেদো ত্রক নঙনা ।
ফৌশু চেঙজোয় লঙলম্বা ।
লঙলিনে বাইস মিল নঙনা ।
পামেল উকক খায়বম্বা ।
পাম্বোম পাঙ্গন শীজিন্না ।
মেছিন নঙন খায়দোক্লে ।
মুল্লিবা কবিগীনো নখোয়না
লাযব ঐগী খুৎশূমন ।
হাকমল্লি মীচঙ মীখায় ।
শাবি নঙন মীচঙ ।
ইনাক খুন কাংবুশিংগী ।
মৎলি খুৎশূমন লায়ববশিংগী ।
মৎলিবা কবিগীনো নখোযনা ।

লায়ব ঐগী খুৎশূমন ।
পাবী য়োক্কনি কমদৌনা ?
ইমোম থাক্কনি কবিনা ?
য়েক্লবনি য়েক্লবা নখোযসে ।
হে বিজ্ঞানগী মেছিন ইঙ্গিল । ❑

# ষনবী তেংথা

পাবী নৱা চাউদ্রিবা ।
খোল্লাং মপূং ওইবিবা ।
শজিক নৱায হৈত্রিবা ।
পলেম তুংইন লেপত্রিবা ।
পাবী নঙবু নুংশিবা ।
থৌবী কোঙ্গোই ঙক্তুখু ।
হন্বা হন্বা অহিং চুপ,
খোল্লাং লামদি খাওঙমদ,
চোংন ফন্ন লীকি চিং
অহিং চুপ্ন শবাক তম,
উপায লৈত মিৎযেংদ,
নমা ঐবু যেংবদি,
নমা ঐনা কৈদৌনি,
পাবী নঙবু চাউদবা
খোল্লাং ইনসী ইনঙমদ
কোঙ্গোয থোকসী থোকঙমদ ।
পাবী নতৌ যেংলগা ।
অহিং মিশেন খাঙলিদো
অহিং কাংখোন তাবদা
খদাং শায়কুপ শায়ঙমদ ।
ঈমৈ চামোব হুমদুনা ।
পাবী নঙবু শেন্নৈদো ।
অৱা কোক্কনি খল্লম্বা
কোবৌ ইনুং ঙাল্লগা ।
ইনুং তৈন ঙাল্লক্লে ।
বালটিন খূত্তা পায়দুনা,

মপু মানা চঙলকই ।
পাবি কোঙ্গোই থাবিবে ।
তাঞ্জা ফংলে খঞ্জবোই ।
চোংন ফন্ন চেনশিল্লক ।
লাল্লমথ্রবোইদো মবুক্তু
খোল্লাং ঐগী চীলোক্ল
অমৃত গর্ভ তাবগা
মিকুপ ফান থকঙমদে
তাঞ্জা য়েংন চিংথোকখি
থৌজাল হৈতে তাইবং মী
মীনুংশি য়াওদে খজিকফাও
পাবী মতৌ উবদা
লোম্বোক্ত ঐগী ইতৌনা
চীবেল চীখৎ থৌবাংলুই ।
খঙথ্রমাল্লে ইতৌদো ।
মপু মাগী মিৎয়েংদ
ঈনম শাজৈ থাবিদো ।
খুবৌ সেপ্পি থাংবিদো ।
উপায় লৈতে পাবীও ।
অতোনবা জীবগী মপোক্তা
পোক্লবনা শ্যাগী জাত্তা ।
ঙাইবা নত্তনা পুন্সি লোম্ব ।
ঙসি কৌব নোংদগী ।
শজিক নব্রায় হৈবোকো ।
খোল্লাং লাইজনা শিল্লোকো ।
নোংদম খীবী নমাগী ।
খোল্লাং থক্কে খল্লনু । ❑

# ঈমা লৈবাক মণিপুর

ঈমা লৈবাক মণিপুব ।
ঈংনা চীক্রু পাল্লম্মী ।
শেৎন খাইন চাবম্মী ।
চীঙ্গী পোখোক তম্মীনা চা ।
তমগী পোখোক চীঙমীন চা ।
কুমজা মশীং থীঙমদ ।
নুংশি চান্ন লৈমিন্নবকখি।
চীঙমী তম্মী ঙাই ওইনন ।
পুথাঙ ব্রাবী লেঙদখি ।

ঈমা লৈবাক মণিপুব
চান্ন চিন্ন লেল্লম্বা ।
হৌজিক মদু কৈদৌবে ?
মীথীঙ্গায মীহিংচা
মীখীবোঙদি মিতম্বান ।
মশীং য়াম্না লৈশিল্লক ।
তাইবং মশেন য়েক্লবে ।
চীঙমী মশেন হাৎনবে ।
তম্মী মশেন কাপ্লবে ।

ঈমা লৈবাক মণিপুব ।
কপচৈ লাউজৈ তাইনজৈ ।
বন্দ ষ্ট্রাইক আন্দোলন ।
মাঙহল্লি, তাকহল্লি, থাদোকই
নীনি কাংদে তৌবিবা
কনাগীনো খন্নদে মাঙলিবসী ।
শীনবি মবাল মথং মথং ।
লাল্লিবদি মাসু নঙসু ঐসু ।
খন্থনদে মশাগী অমত্তা ।

ঈমা লৈবাক মণিপুব
মচা ঐখোয় খন্নবসী ।
চাউখৎপা তাববা হাৎনবগা
হাৎনবসী মথং মথং ।
পুবক্লিবু হাযববা নুংঙাইব,
তাইনবসী পোৎ চৈদা
থুগায়নবসী মথং মথং
পামই ঐখোযসু চাউখৎপা
হিংলিঙৈ হিংসী নুংঙাইনা ।

ঈমা লৈবাক মণিপুব ।
কযাম কুইন খাঙসিগে
ঙম্লোই খাঙবদি কুইন ।
ঈশ্বব অল্লাহ খৃষ্ট ।
যাবোই লাইদ তাইনবা
খৎনৌ ইনশিন্দে লাইন ।
খক যাবোই লোন্ন খন্নবা
নবন্নাই নত্তে লৈবাক্কীনি ।
খন্নবা তাই লৈবাক হৌন ।

ঈমা লৈবাক মণিপুব
মচা ঙাক্তনি ঐখোয পূন্না
তুংগী খল্লী অশিংবনা
খল্লি অপঙবনা হৌজিক্কী
খনমিন্নসী তুংগী মীবোনগী
থাংজিনমিন্নসী অচুম্বা খোঙথাং
হন্দোমিন্নসী অবানবা খোঙফম
নঙগী ব্রা তাগে ঐগীসু তাও
যাদবা লৈবোই তানববদা । ❑

## মহৌশাগী খুৎশেম

নোংপোক চীঙ্খে হুল্লক্রে
চবোয় কাকী খোঞ্জেন্ন ।
নোংঙান মপাউ চেল্লক্রে ।
চীঙ্খে মঙান উবকপদা
অহিং চাক্তা চেক্লাশিং ।
মবান য়ায়দা হন্নবে ।
ঈতা ঙনবী চেক্লানা,
লোক্তাক ঈযায তল্লক্রে ।
লমগী চেক্লা শাকনবী ।
তেনব্রা শঙ্গু পাইদুনা,
লোইবী চীঙমায তল্লক্রে ।
কোবৌ মঙান শনবদা
তুম তুম উথুম্ন,
ফৌনা জগোয তান্থাবে ।
নোংচুপ অতিয়া মায়কৈদা
নোংথাং জগোয শাদুনা
ইঙা কুমদম পাউজেল্লে ।
উবোক শঙ্গু শাখপ তোয়
কুন্দো পবেং পাইগুম্ন
নোংপোক চীঙয়া তম্ল পাই ।
কালেন চেক্লা খদাঙ কন ।
পূঙফম নাইদ খোংকনবী ।
অহিং খোঞ্জেন নীংথিবী ।
চেক্লা কোকিল মিংচংপী ।

ঈঙাই থকপী নোংকৌবী ।
ঋতু নাইন খোঙ্গনবী ।
চোঙঙা চেক্লা মায়থকপী ।
লমখুনু খোঞ্জেন ঈচীকপী ।
খম্লাংচাক জগোয় তনৌবী ।
পবিং তোংগন শেম্লাংও
ব্লাবক চেক্লা উবেনবী ।
পৃঙজা নাইন খোঙ্গনবী ।
খোইনীং চেক্লা নীংথিবী ।
কুবাউ মপান চুপকনবী ।
য়ুমদাং চেক্লা মায়থাবী
ফৌবা ফৌদি লাক্কনবী ।
উমং য়াইবেকপী পোম্বীশিং
মপুগী খুৎশেম তুংইন্ন
তাইবং কুম্মে শান্নজ ।
য়েংবৈ পেনবা নাইদেদা ।
অসুক নীংথিব দৃশ্যসে ।
প্রকৃত্তি খুৎশেম থুগায়বা
হিংচা যাইতম য়াম্লকপা ।
তাইবং মীদি মীহিংচা ।
মাঙনি তাকনি খন্দনা ।
উমংদৈ উপাল য়াম্হুৎলে ।
খাম্বী মৈজাও থাদোক্লে ।
চেক্লা কায়দোং মাঙহল্লে
শাদান খুৎলাই ফগৎলে ।
হালেং লৈত হাত্তোক্লে ।
জীবদা হুবু থাকপিবে ।

তোবা তুবে চেক্লাশিং ।
প্রকৃত্তি থনবু থুগায়বে ।
ফজবা শক্তম মাঙহল্লে ।
যেংহৈতবে মহৌশাগী থৃৎশেমসে ।
উহৈতবে তাইবংমীগী থৌদৌসে । ❑

## অসীরা নীংতম্বগী নুংঙাইবা

মালেম পৃথীবি চাওখৎলে ।
বিজ্ঞান নঙগী নতেংনা
পুখোবক্লি অনৌবা কয়া
নোংম কাংদ সুম সুম
নুংঙাইনবা মীওইবা জাতি ।
তান্নবি লমজেন হেন্ন হেন্ন ।
লাইগুম লাংনবম পোংশক
মৈ ঈশিং নুংশিং
শীজিন্নবি খুৎলাই ওইনা ।
কবিনো খঙলমদবা পোংশক
নুমিৎ থা থরানমিচাক
ঙম্লে খঙবা লাযন ।
চাউব মালেম পৃথীবি
খলহন ঙম্লে পীশক্লা
নকহন ঙম্লে অবাপ্লা
চাউহন ঙম্লে অপীকপসু
লাইনা শেম্ব পোং ।
শেমদোক ঙম্লে মীনা
বিজ্ঞানগী মতেং লৌদুনা ।
লাউবি চাওখৎলে নুংঙাইবে ।
নুংঙাইব কাংবু মখৈনা ।
লাউবি অরাবা কাংবুনা ।
অসীবা নীংতম্বগী নুংঙাইবা ? ❑

# অপাম নুংশি

অপাম নুংশি অমত্তগুম্মী ৱাহৈসী ।
অনীনি মমায তোঙান তোঙানবা ।
ঐগীনি অপাম্বন, মাগীদমক্কী নুংশিবনা ।
ঙম্মী মাঙহনবা শাউবগা অপাম্বদু ।
ঙম্মী মাঙজবা নুংশিবা মাগীদমক ।
হাযজিনগনু খক অপাম্ববু নুংশিবা।
নুংশিবদগী নুংশিবা অথোইবা নুংশিবা ।
মমা লৈবাক মজাতি নুংশিবনি ।
ঙম্মী কখোকপা নুংশিবগীদমক অথৌবশিংনা
মাঙহন্নবা হোৎনৈ মবৈবাকপু অপাম্বগীদমক
শিবগা শোন্নে থৌনা ফবা অথৌবশিংবু
শিবগা পেন্নে অপাম্ব কাংবু ।
তাদুনা শিবি ককচেং মযাম ।
অপাম্ব চুহী চফু নুংদা
কনাসু শোন্নদে, পেন্নে থোইনদুম ।
হাযজিনগনু অপাম্বদু নুংশি হায়না
অপাম নুংশি অমত্তগুম্মী ৱাহৈসী । ❑

# চীঙগী য়াম্ব নুংশিবা

চীঙগী য়াম্ব নুংশিবা,
লাকখিদবা কুইবেদা ।
খৃষ্টান ধৰ্ম্ম লাইশোনবা,
লাইনীংপবৈ চেৎচবা,
সন্দে খৃদিঙ থৌবেল্লা,
বাইবল পাউতাক কাউদবা,
মায়থোং ঈংনা ৱাঙাঙবা,
কুপ্পী কালেন থৌকনবা,
চীঙমায পামলৌ উদুনা
চীঙমী তম্মী পুকথাকপা ।
থবী কিহোম লফোয়
চীঙগী পোথোক অহাউবা ।
পান মাইবেন তোর্বোং,
লেঙ্কোং থন্না হাপ্লগা,
নীনি কাংদ লাক্লম্বা,
চীঙগী য়াম্ব নুংশিবা,
লাকখিদবা কুইবেদা।
চীঙমী মশেন য়েংথীন,
নাগা কুকি হাত্তোক্ল,
অঙম অঙম য়ুম্মেথা,
অচুম অবান থিনদা,
নৃপী অঙাং খাক্লদ,
অকন অকন য়ানথৎন,
অকি তুজুং মায়োক্ল,
য়াইবী কন্ন উপায় থি,

চেনখ্রবনে খাবৌ লাইবৌ,
নত্রগা য়েক্রু খুত্তা তাদুনা,
তাইবং পুন্সী লোমখ্রব্রা ?
নীংশিংলকই খল্লু খল্লুব,
চীঙনা কোযন পনশাবা,
হাওনা কোয়ন পনঙাকপা,
অশৈবশিংনা শৈথাবি ঙসিসু ।
কবুই শলাং মাইবদি,
মোইবাং লীলাগী ব্রাবীনি ।
অনান নীংঙোন পনবদি,
ব্রাংব্রেন লাইগী তালোয়নি ।
কাউনাইদ ব্রাবী লৈবিদো ।
ঈমা অমত্তগী মচানি ।
চীঙগী য়াম্ব নুংশিবা,
লাকখিদবা কুইবেদা । ❑

# নেশাৱালা

হো নেশাৱালা ! হো নেশাৱালা !
ইকাইবা লৈতে, হঙ্গোইবা যাওদে,
ৱাগনি খন্দে, নংগনি কিদে,
নওনা ৱাবিবদি নেশা খক্তগীনি ।
পুন্সী মমল কাউথোকচৈ নচীঞ্জাক্ল ।
মশক থীহল্লী নখোযন সমাজসী ।
নেশানা চাববা নেশাৱালা শা !
থকচিল্লি চাশিল্লি নবুক থল্লা,
মাঙলে নশাসু, তুপ্লে নবলসু ,
ৱাবে চান্নবীসু, কপ্রে নচাসু ।
য়ৈখাযবে থুগাযবে মাঙহল্লে তাকহল্লে ।
ৱাবিদা নঙগীদমক, অউবা মখৈনা ।
অশিংবনা থকই, হিদাক ওইনা,
পুক্লাওবনা থকই নেশা ওইনা,
যু গঞ্জা কানি ---------
হো নেশাৱালা হো নেশাৱালা । ❑

# পৈশাদা পূম্নমক লৈরম্লে

ইজৎ ফাজৎ, অচোপ অবেম,
জবান ঙাকপা ঙাক্নবা,
অকন অশোন কিবা কিদবা
শেন্না ঙাক্তা ওইবম্লে ।
পৈশাদা পূম্নমক লৈবম্লে ।

বিধিনা তম্বা তমদবা,
লায়েংব ঙম্ব ঙমদবা,
ঐগী মী লৈবা লৈতবা,
শেন্না ঙাক্তা ওইবম্লে
পৈশাদা পূম্নমক লৈবম্লে ।

ইশৌ লাংনবিবা ইমুং মনুং,
খৎন চৈনবিবা  লাউনবিবা,
ময়ুম-মকৈ থাদোকপা থাদোক্নবা,
ওইবম্লে শেলগী অযাম্বা ।
পৈশাদা পূম্নমক লৈবম্লে ।

মহাজন্না যাবা যাদবা,
কুলিনা কিবা কিদবা,
কুলি মহাজন খৎনবিবা,
শেন্না ঙাক্তা ওইবম্লে ।
পৈশাদা পূম্নমক লৈবম্লে ।

মীচঙ শঙ্গন নাইনবিবা,
মীহাৎ মীপূন কূংলিবা,
ব্রাথোক লাম্থোক কললিবা,
শেলগী ঙাক্তা ওইবন্নে।
পৈশাদা পূম্নমক লৈবন্নে।

অঙম্বসু ঙম্নন্নে পৈশানা,
তানবা ব্রাই, লোয়নবা নুংঙাই,
কায়নবা লায়, পৈশা নঙসে,
য়েক্লব ওই, চান্নবসু ওই,
পৈশাদা পূম্নমক লৈবন্নে। ❑

## কল্লকইদা অঙাংগী পুন্সী

নুংঙাইবদৈ অথোইব নুংঙাইবা,
পুন্সীনি অঙাং ওইবিঙৈ,
খোল্লাং পেম্ন থকচিনজ,
অবাম খৌবাং ওইনজ,
ঈমা নঙগী নতম্পাক,
য়েক্ল কনা লৈতনা,
হবাউ মীনোক তমজবা,
হৌখিদো সুম সুম;
কল্লকইদা অঙাংগী পুন্সী।

খল্লুদেনে অব্রা অনা,
শান্নজৈ ইনীং তৌনা,
নোংজু নুংশা মবক্তা,
অনৌবা ফিজোন খোনবিবা,
পল্লেম পশ্থৌ অনীনা।
পাম্মুবা লৈতে ফজবদু।
তৈশিল্লি লৈখোম লৈনাং,
হৌখিদো সুম সুম;
কল্লকইদা অঙাংগী পুন্সী।

চাবিমখৈ ইহাউদ হাউ,
লৈতে চাবগী পেনবা,
ঈমানা শীজবা ঙম্মোক,
ঈপানা পুবকপা উহৈ,
শেৎন য়েন্ন চাখিবা,

য়াম্ন থুংলোই লাউখিবা,
লাক্ল লাক্ল চাখিবা,
হৌখিদো সুম সুম,
কল্লকইদা অঙাংগী পুন্সী ।

অচুম অচুম ব্রাঙাঙনৈ,
নমথাক ব্রাহৈ হৈবমদে,
হুবান শাজৎ য়াওবমদে,
মরূপ মপাং নুংশিনৈ,
ওজা গুরু কিবস্মী,
লাইবিক পাবা ব্রাবস্মী,
ছুটি নুমিৎ পাবস্মী,
হৌখিদো সুম সুম,
কল্লকইদা অঙাংগী পুন্সী ।

# পলেম মানবীদো

মপাবী চাউদ নমদ পো,
থুম্মোক পোৎলূম কোক্তা থোং ,
খাবী লমজাও য়াঙবী থক,
হাক হাক চেনচৎ চৎ ,
লমশাং চৎপী খোঙ্গনবী ,
নোংজু নুংশা খাঙওম্বী ,
ৰাবা কিদে, অনাবা লৈতে ,
সনা কৈথেল তম্ল পাং ,
পলেম মানবী ঈমাদো ।

কৈথেন চিদাই মতা যেং,
থুম্মোক পোৎলূম লৈদ থা,
মল্ল চবৈ সাবা সন,
লোক্লৈ পুল্লৈ মপুন শা,
পেকক যেলাং মপৈ থা,
কোবৌ চুপ্পা ফম্ল যোন ,
শিৎপা লৈতে, হংবা যাওদে ,
খুৎলাম খামদি কৌজনীং,
পলেম মানবী ঈমাদো ।

কাযনবক্লে লাঙনবক্লে কৈথেন্দী,
কোবৌ মমিনা শামজিল্লক,
কাতু কাবন কোযন চৎ ,
লাকথু লাকথু মন্তীক্ল ,
ওইজ পাম্ব পোৎ লৈবশিং,
লৌবিখবে শেনকুপ শেঙ্গোইনা,

লাইন তম্বা হাযদুনি,
যাব্রা মুমশোন্নবক্লে,
পলেম মানবী ঈমাদো ।

লাংফৈ শানি মপুবোয,
মনেম হনু নাহে হৌ,
পাবী য়াইম পুকচাউবা ,।
ক্ষুল হল্লক চাক্লামকন,
কবি থোংনি কবি চানি,
হোবে হোবে হোৎনজ,
পায়মনুংদ হিসাব পা,
মৃকম মৃকম চীন্দ শোন ,
পলেম মানবী ঈমাদো ।

খোৎল খোৎল ফলতাদে,
পাব পাব শেম্বুংদে,
খল্লু খল্লু খোযশাউই ,
নীংঙু নীংঙু নীংঙমদে,
ফবে ফবে কৈদৌনি,
লাইন তম্বা খয়াৎনি,
শোৎপা যাবা শোৎলগে,
পাযমনুংদা ব্রাবেপচৈ,
পলেম মানবী ঈমাদো ।

মপাবী চাউদ নমদ পোখৎচ ,
থুম্মোক পোলাং খুদোংনা,
অযোন দুকান তম্ম চঙ ,
অবৈ শেন্দি পীক্ল পায়,
লৈনীং পোৎলম ব্রাহৈগু,
কৌবি ঙাঙলি তানবা ।

হিসাব পাবি শানোয়বা ,
চিনব্রবোইদা মথৌদা,
ওম্বোকপনি পলেম মানবীদো ।

পাবী নব্রাসু কপশিল্লক,
পোৎলৈ কাংবু চকৃংশা,
পাবী থেম্ন ব্রাঙমদ,
হাযজবকই মেঙন থোৎন,
তাবসনু ব্রাহৈ মতানি,
তাবমাল্লে তহাদে হন্দক্তী ,
পোৎপু যোনবা শানোয়বা,
শেন্দি ব্রাৎপা ঙমজবোই ,
অব্রাবনি পলেম মানবীদো ।

হাযজৈ নোঙৈ তক্লজৈ,
হযেং পীগে ব্রাশকচৈ ,
তাগদবা মপুনা তাবিদ্রে ,
যাগদবা মহাক্লা যাবিদ্রে ,
হন্দোকপিখ্রো অখাক অবাউনবক্রে।
থম্মোয চৈনা ফংলবোই ,
নীংবা কাযবৈ শক্তমদা ,
হন্দোকচখি খোঙফম মাগী,
পলেম মানবী ঈমাদো । ❏

## খাঙবদা ব্রারে ঐদি

খাঙবদা ব্রাবে ঐদি,
কংলৈবাক্কী চৎনবোল শাজৎ,
ঈবৌ লৈতে ইংখোনসু চাউদে,
তলব চাদে কাববাবসু তৌদে,
ঈচা শঙ্গু যৌ যৌ,
নুপী যাঙকং সৌ সৌ,
তবানি শূক নোংমদা লোইথোক,
শেম্লোক লম্বী পৎ তৎ,
সিনেমা ড্রামা যাত্রাব্রালী.
দ্রোঙ দ্রোঙ যাওশঙ কুম্মৈ,
জেবে জেবে চৈবাউচীঙ,
কালেন নুংশা উমংলাই,
ইঙা ইঙেন পিক্লীক থা,
জয জগবন্ধু কাংচিংবা,
কৃষ্ণজন্ম বাধাজন্ম বামনজন্ম,
থব্রান লাংবন ঈপাম্থা,
দুর্গা পুজা পাম্লোই ইবাৎ,
মেবা থান লাক্লবদা,
নীংঙোন চাক্কৌ হিযাঙ্গৈথা,
ইনাকখুনবী মথোই কান থা,
লাযব নীংঙোন মাযখু থা,
পীতৎ পাতৎপী পিবাংথা,
পোইনুং ব্রাকচীং বৃন্দাবন,
সবস্বতী পূজা ফাইবেন থা,
কুম্লাং চুপ্না হবাউ পুঙ,
চহী চুপ্ন মখে লাং ।

নীঙোল পোক্কে অউনপোৎ,
পিবা পোক্কে ধুম ধাম ।
পবেং পবেং মৈতৈ চৎনবী,
নাম্বুৎ লুগুন লুহোঙ খোঙদোং,
শোবাৎ ফীবোয শঙ্গাবা,
মথং মথং গৌব মৈতৈ,
বার্ত্তোন চেনা শৎ শৎ,
শেন্থা পোৎযেং চবুন চবুন,
শেন্দা য়েংন শৈশকপা,
শেন্থা খঙন পূঙযৈবা,
হবি পালা সংকৃত্তন,
শেন্থা কাংবু গুকঙ গুকঙ,
লাযব মীশক তশু তশু,
ঙসিন লোইগত্রা মবোইদে,
হযেংদি লাক্লবোইদ্রা মবাকই,
শূবা যাবা শূ,
নোম্বা যাবা নোম,
অবেঙ অবেঙ পুথবক,
ঈযুম নোংযু শেম্বৌশঙ,
লোৎন হিংসী হিংঙমদা,
ফোংন হিংল মীব্রা তা,
লাযববৈ দষা হাই হাই,
চৎনবী ইন্দ্রে মপান থোক,
চৎনবী ইল্লে ইক কোক,
অসীনিকো কংলৈবাক্কী চৎনবোল,
খাঙবদা ব্রাবে ঐদি । ❑

# রাম রাজ্য

চানবীহৈ অশোন অনাবু,
ওইজবা পামদে মশাগী,
কথোকপা ঙম্মী থৌনা,
ফত্তবা যেক্লবগী মফমদা,
মসীমক্ত ওইহন্নীংখি মাবু,
অযোধ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ,
নহা ওইনা শ্রীবাম ।
হবাউনখি অযোধ্যাবাসী পুম্বা,
নিংথৌ ওইবনি তাবদা বামনা,
বাজবিষেক্কী চাউব মন্দিবনুং,
শকখি খোংখি, নিনখি,
হবাউ মথোই কানবদুনা,
নহা অহন খাযদনা ।
কনা লৈ অফববু পামদবা,
অফ নুংগী অফ মবক্তা,
পামদে ফত্তবদি কৈদৌনুং,
ফন তৌবা অফ মখৈ ।
মন্থবা কৌবী মীনাইনুবী,
কৈকেযী কৌবী বানীগী,
মপা লৈতবী ফত্তবদা,
চঙম্রে মহাক বানীগী নাক,
কামশিল্লুবে বানীদা হূ ।
ঙাওবক্রে হূগী ময়াইনা,
ভবত পোকপী বানীদো ।
বাম লক্ষ্মন ভবত শক্রুঘ্ন,

মবিনি মচীন মনাও।
লোযনবীনি সীতা বামগী।
কৌশল্যা কৈকেযী সুমিত্রা,
বানী অহুম্ন থৌগল্লি,
মপা ঈবুংঙো দশবথ।
নুংঙাইববা পূংফমনি অহিংগী,
হযেং ইনুং ঙানবদা ,
বামদ নিংথৌ শিন্নবগী,
তাউনৈ নুংঙাই ঈপাক্তা,
তাউই দশবথ নিংথৌসু,
নুংঙাইবৈ মথক্তা নুংঙাইন।
থুংখি কৈকেযী নাক,
অসুম্না থোকউ তমখিবনা,
দশবথ নিংথৌ পুন্সীবা,
থেংনকবে চান্নবী বানীদো,
বাহূনা উম্বা থাজগুম,
মাযথোং চেংলৌ মকশিন্ন।
হাযযু বানী চান্নবী,
ননীং থুংদ কবি লৈ ?
নিংথৌ য়াব্রা কাঙলক্লে।
ইনিংথৌ কাউবীবব্র অদুঙৈ,
অপাম্বা হাযযু পীগনি,
অদুঙৈ ব্রাবু ব্রাকাঙলে।
কাউবিবব্রা শকখিবা ব্রাশক্তু ,
বব অনী পীগে হায়ন।
হাযযু বানী পীবগে,
নঙগী অপাম্ব কবিনো ?
ওইহনবিয়ু বামগী মহুত্তা,

ঐনা পোকচবা ভবতপু,
অযোধ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ ।
ওইজগে মসীনা অহানবা বব।
হযেংমক থাদোকপিখো বাম্বু,
চহী তবামবি বন্দা,
ওইজগে মসীনা অনীশুবা বব।
বানীগী ব্রাহ্নে তাবগা,
নুংবঙনখি দশবথ নিংথৌ,
হাযযু বানী চান্নবী,
পীঙমদ বব নিবনু ,
হন্না হন্না ব্রাথেন্নে ।
শিখাঙ খাঙখবে বানীদো,
হোংখিদবে বানী মাগী অপাম্বা,
নিন্নবক্লে ঙাঙনবক্লে মীযামদু,
বামগী নাকোঙ যৌখবে,
নিংথৌ-বানীগী ব্রাফন্ন ।
চঙজবক্লে মপাইনাক,
মবম পূন্ন খঙল বাম ।
থাদোকপিযু ইপা ইবুংঙো,
শীঞ্জগে ফনবা নচানা ।
অথোইবনি ব্রাশক ঙাকপনা,
বাজ বংশ ঐখোযগী ।
নুংঙাইবৈ ঈপাক বাজবিষেক্কী,
ওনখবে মীকপ মীবাওখোল।
ইনুং তৈন ঙানবদা,
বনগী যাত্রা তৌবক্লে শ্রীবাম,
লোযনবী সীতা মবেম্মা,
মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মন ।

থোবক্লে মবুংঙোগী তুংইঞ্জ,
খাম্লক্লে হৌনা অযোধ্যাবাসী ।
তাঞ্জা অদু যৌববদা,
পাউমেঞ্জে অসুম্না শ্রীবাম -
অথোইবদগী থোইবা ধর্ম্মনি,
মপাগী নীংবা থুংহনবনা,
মচা ওইবা পুম্নমক্না ।
ৱাবিগনু অযোধ্যাবাসী পুম্নমক,
থাদোকপিয়ু বনদা ঐবু ,
হল্লকনি শোযদনা অযোধ্যাদা,
চহী ১৪ হেক শুবদা ।
অসুম্না লেঙখি শ্রীবাম ।
মচা কায়ন মৈচাক্ল,
খাঙমদ চৈনা ফংদুনা,
লোমখি পুন্সী মতোন,
দশবথ নিংথৌ পুন্সীবা ।
লেঙত্রবদা মযাম্বনা বন,
ওইহৌই নিংথৌ ভবতনা,
মুন্থং শিন্ন মযাম্বগী,
ঙাকখি লৈবাক নীংথিনা ।
চহী ১৪ অৱা মাযোক্ল,
লেনখি বন্দা শ্রীবাম ।
হূখি লোয়নবী সীতা,
থেংনখি অকনবা লান,
ফত্তবা বাবন হিংচাবগা,
হাত্তোকখি বাবন হিংচাবা ।
লোয়ননা হল্লকখি অযোধ্যাদা,
বাম লক্ষ্মন সীতা ।

কায়দনা চহী তবামবি ।
ওইবখি অমুক নিংথৌ,
হবাউনখি অযোধ্যাবাসী পুন্না ।
তুমিন্না লৈখিদো শ্রীবাম,
যেংশিনখি লৈবাক্কী অৱাং-অপা ।
তাখি ৱা লৈবাক মীয়ামগী ।
ঙাংনবম্মী নোংমগী নুমিত্তা,
ধোবী মতৈ মনাওনা ।
চৈবম্মী পেন্দ ৱাহৈনা,
মতীক চাদে বানী ওইবা,
লৈবাক মপু মহাক্কী,
সীতানি বাবন্ন লৌকববা ।
তাকবদ ৱাহৈ অসী,
পোকখি ইকাইবা মহাক,
চুম্মী খনখি ঙাংন ৱাহৈ ।
হন্দোকখি থাপ্ল বন্দা,
কোক্রবা লৈবাক্ল ঙাঙনবা ।
ৱান লেঙখি পুন্নী,
লাঞ্জদবী সীতা মহাক্তু;
ফংজখি মচা শ্রীবামগী,
লব কুশ অঙাং অনী ।
চাউনবা য়োকখি বন্দা,
অঙাং অনী মমানা,
তমহনখি বিদ্যা শুনা,
বাল্মীকী মুনি গুরুন্দা ।
কাইনথঙ থেংনখি মচা অনী,
লৌশিনবিখি মমা মচা পুন্ন,
ওইহনখি অযোধ্যা বানী ।

তোকখিদে লৈবাক্লা ঙাঙনবা,
লাঞ্জদবী সীতাগী মবমদা ।
উৎখি পেন্নবা প্রজানা,
ইকখি সীতাবু মৈদা ।
ওইখি শ্রীবামগী পুন্দী,
মপান নাইদা থাদোকপা,
খনবদা লৈবাকী ফনবা ।
নীঙনবি শোন্নবি ইনবি ।
বামগী মবমদ ঙসিসু ,
বামবাজ্য বামবাজ্য ॥ ❑

# পাবী নঙবু হল্লক্রো

লমদম কৈদ চৎশ্রবগে ?
শকউদবা লোইদাম কুইবেদা,
হাযবন্নদাই নহাক্ল ঐঙোন্দা ।
নুংঙাইহনগনি ঈমা নঙবু,
নচানা লাংফৈদে হল্লক্লগা ।
প্যাবী নঙবু হল্লক্রোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

নুতি নুমিৎ খৃদিংগী,
তল্লিনে নঙগী চাবা,
চাববোনে ঈমাগী ঈবুংঙো,
নপা কাযন মৈচাক্লা,
কাউবব্রনে নমা ঐবু,
পাবী নঙবু হল্লক্রোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

ইবকখিবদাইনে নঙন চিঠি,
শুন ফংলে শেনফমদো,
ইংখোন বন্ধপ হন্নবা,
লোইদাম থাশীং যাল্লক্লে,
যাব্রা নপাউ তাবক্তবা,
পাবী নঙবু হল্লক্রোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

খোন্নেন ঐগী মঙলানচান,
অকি তুজুং মঙফাওনৈ,
য়াইবী থরায মাঙলত্রা ?
কল্লক মিহৌ কনাগী,
যেক্ল লাংদ থুদুনা,
পাবী নঙবু হল্লক্লোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

লৈতাদেনে ঐগী পূক্লীং সে,
পল্হৌ লৈত তুংদা,
অন্না কোঙ্গায খাঙদুনা,
চাউবা শাবেপ ফাহনবা,
কাউবব্রনে নমা ঐবু,
পাবী নঙবু হল্লক্লোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

নহৈ নশিন তমঙৈদা,
মীগী মীনাই ওইদূনা,
নূংদুম পোলাং পুবগা,
অন্নাংবা দালান কাদুনা,
লন্নাই শন্নাং কোকখিবা,
নীংশিংদ্রব্রনে নমা ঐবু ।
পাবী নঙবু হল্লক্লোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

শেন্দান লন্নী থিবগা,
ব্রানোম শেনবু পায়বগা,
তলব চাউনা চাগনি,
হাযবম্বদাই নমা ঐঙোন্দা ।
কযাম ব্রাংলি শেনফমদু ,
নমা হাপ্লগে ব্রাংপদু,
পাবী নঙবু হল্লক্রোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।

নশানৌ নমান্ন কয়ানা,
কুমগী য়াউশঙ লাকপদা,
হ্বাউ মথোই কানবি ।
নঙন কৈদ হ্বাউবি ?
নপাং কনা লোয়ননা,
ইবক্রোনে চিঠি নপাউখোল,
পাবী নঙবু হল্লক্রোগবা,
ঈমানা কৌবসী তাবগা ।। ❑

## লমজিংবা

লমজিংবা নঙবু,
হো লমজিংবা ।
ঙাঙলে তানীং ,
ইবে পানীং ,
অশোনবদা থৌনা,
অপঙবদা লৌশিং,
অতোনবদা থৌজাল,
যেক্লবদা লম্বা,
কনা রায ,
কনা নুংঙাই ,
য়েংবা উই ,
ঙাঙবা ঙশ্মী,
তোক্তে থিজিন,
লেপ্তে হুমজিন,
নুংঙাইন পৃশী,
য়াইফন মপোক,
মীওইব সমাজ ।
যাওদে পঙন,
উমং'দৈ আগব,
ঈনুং'দৈ মনি,
মীবক'তৈ লুচিংবা,
য়াদে শাবা ।
ওইগে ফংদে ।
লৈগনি তাঙন,
লমজিংবা নঙবু,
হো লমজিংবা । ❑

## মতমগী চনুরা

মতমগী চনুবা শকহেনবী,
ফিজেৎ নৈতেং হৈথোইবী,
অকে-অমৌ লময়ৌবী,
পীশূম পীবাং যেক্নবী,
চীম্বান লিপন্তীক তৈগনবী,
ফিজেৎ ফিগায শেৎকনবী,
হকচাং কাযাৎ উৎকনবী,
জর্দা পান শাযগনবী,
হৈনম লৈনম চেন্দবী,
গুলি গুলাং যোৎকনবী
নীপা ফিজোল থোনগনবী,
তুংযান শন্নাং শাইককপী,
মতৈ মকুদা মাযথকপী,
অঙৌ-অতাও মাবিবী,
যুঙাঙ-যুঙৌ থক্কনবী,
থৌশূ থৌবম খঙদবী,
যুম্বান মশীং তোযগনবী,
ওইবকখিনি ইমৌ ওই,
পোক্লকখিনি নীংঙোল ওই,
তম্বা ঙমদে লাইবকসে,
ওক্লে খীবে য়েংবদা । ❑

# খজিক্তা

ব্রাহৈদি খজিক,
চেনাসু মচেৎ,
গন্নাদ লৈপাল,
মিংশেন্দ চীংজাও,
অথুন্না ব্রাহৈ,
নুংশিবা মিৎযেং,
ব্রাবিঙৈ তেংবাং,
লান্নিঙৈ চীঞ্জাক,
কলহনবা ব্রাহৈ,
শোলহনবা ব্রাতা,
থুগায়বা লোন্দা,
পুনশিনবা ব্রাঙাং,
হৈবগা লায,
খণ্ডলগা লুদে,
খজিক্তনি খজিক্তা। ❑

# ইলেক্সন

লাক্লে লাক্লে ইলেক্সন থা,
শক্তি পান্ন লাঙন থা,
রাবেম খৌবেম পোযনু থা,
চীবোল খাবোল চকুঙথা,
চাক্লেম যুবেম পূক্কং থা,
মন্ত্রী এম এল এ ঙাওন থা,
মীযাম্ম পামদ তুন-থা ।

চীঙদ শাংপী ইঙেল্লৈ . ..
তাইবঙদা শাংপা নহাব,
কাঙমদনা তোকখিবা পান্মুইদা,
ভোটপু লেপ্লে হাযবগা,
তাক্লেদো নবল-নথুম,
লোইবেদকো লৌবী শীংজা,
পান্মুইদকো পান্মুইদা দে .. ।

ঐনবু তোক্কে তোক্কেদো,
কেন্দিদেৎ ওইবা ঐহাক্লা,
মালংব নঙসু ফৎমন্দে,
ইবল ইথুম লোইবেদো,
লৌবী শীংজা কাযবেদো,
ইকোক ইক কোক্লেদো,
হো পেল্লো হো পেল্লোনে . .।

মালংবা ঐসু কৈদৌদে,
নঙগী নগুন খঙদেদো,
নতীক হান্না উৎলগা,
পাম্মুনে শক্তি কোন্না,
শক্তি পাযগে মহায়বা,
নমানা হেক্তবু পোকপগা,
থাজদেনে থাজদে এ .. .।

মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে,
হান্নগী মন্ত্রী শাৎকায়বে,
মথোন মথোন হাইগৎলে,
তঙক্র যেংলে ভোট্রবশিং,
কাইথোবক শেনফম্মা লন্নাই ওই ,
ইলেক্সন মযা তাৎতৌবে,
শাবী লাউ লাউ য়েংসী লাউ ।

চেক্লা পাইখববদা
কাবম্বা মন্ত্রীনা কাদ্রবদা,
চঙলক্লেদো সি. বি.আই ,
মন্ত্রীনা লৈফম খঙদবনা,
তুমিন্ন লোৎসী লোৎঙমদা,
য়াইবী ককঙাওনবেনে,
চীঙনুংগী সনা লোক্তুদবু পাইনীংলক্লে ।

পঙলগনু তাইবঙ মীওইবা,
পাল্লগনু ইলেক্সন পৈশা,
নীংজৌ খঞ্জৌ অপাম্বা,
মীওঙ মীদা য়েংলগা,

ফংঙমদ্রবা শক্তিবু পাযবিঙৈদা কাউবরা
পৈশানা লৈদুনা কাখিবা,
মহাক্তুনা কমদৌখি . ?
নীংজৌ শোঙৌ হে পূক্লীং ।

খন্নসীনে ঐখোয পূন্না,
পাম্নগুমসী ভোংকী পৈশা,
কাখিবনা শেলগী ভোট্টা,
লোইবে লোইবে ঙসিদি,
মাঙলে মাঙলে লৈবাকসে,
লৈবসীনে নুংঙাইমিন্ন অমুক্তদি,
লাক্লে লাক্লে ইলেক্সন থা । ❑

# পল্লক্কনু নোংমৈগী ব্রা

নোংমৈ ! নোংমৈ ! নোংমৈ !
সিফাইন পায়বা নোংমৈবা ?
পুলিসনা পায়বা নোংমৈবা ?
লালহৌবনা পায়বা নোংমৈবা ?
হ্বানবনা পায়বা নোংমৈবা ?
লুট্রবনা পায়বা নোংমৈবা ?
শাদানবনা পায়বা নোংমৈবা ?
পল্লক্কনু তানীংদে মমিংদু,
য়েংজনীংদে ইমিৎসীনা তুক্কৎচৈ,
কবিবু কান্নবা নোংমৈনা,
লৈবক্মী মতম অমা,
ঙাকপি শেনবিবক্মী মহাক্না,
মীচম প্রজাগী পুক্ষীবু,
খল্লক্মী কিনা লুনা,
লৈবক্মী মগুনসু নোংমৈগী,
পাযনবমদে মগুন চেন্দবশিংনা,
ঙাক্লক্মী মগুনসু নোংমৈগী,
নোংমৈ পায়বা কাংবুশিং,
মদু কদায় হৌজিক্তী,
য়াওদ্রে মগুন মাগী,
যেংনীংদ্রে মশক্তু অমত্তা,
ওইবে য়েক্লবা ঐখোয়গী,
মাগী মতেং লৌবগা,
মীনুংশি য়াওদ কয়ানা,
হাত্তোক্লি মবাল লৈত মীশিংবু,

হাত্তোক্রে মশেন-মশেন,
নোংমৈ পায়বা কাওবুশিং,
লোইবা নৈতে হাংনবে,
এস্নুসতা হাংলি সিফাই,
লুন্নগা লালহৌ কাওবুনা,
চেনখি মখোয়দি কাপ্পন্নগা,
সিফাইন তান্নে ফংদে,
তাইনবি অপঙবা ইবোইদা,
চাখিবদি ফৌ শগোলননী,
মখোঙ য়াঙই শগোলদি,
তান্ন ফংদে শগোলবু,
ওনশিল্লি নোংমৈ চীন্দোন,
কাপশিল্লি মীচম প্রজাদ',
হাত্তোকই মবাল লৈজদবশিং,
শিখি মীচমসু সিফাইসু,
হাত্তোকই শান্নপোংকুম শান্নন,
মাঙজবদি অশিবনা মাঙজৈ,
নোংম কাংদে খববদ ইবিবা,
শিবে কাপ্লে, হাত্তোক্রে,
খল্লৌনে নবুক্তা অমুক্তা,
মীহাং ঙম্বা নখোযবু,
নঙন ফবিবা নখৌনা,
নত্তব্রা নোংমৈগী মতেংনা,
'সীমসু হংলি নোংমৈবালা-
লোয়ননা পোক্লকপ্রা নোংমৈগা,
পুগদৌবিব্রা নোংমৈদু শিবদা ?
হায়নৈ মীওই মপোক্তি,
অথোইবনি জীব পূন্নমক্তগী,

ঙন্মী কোঙদোক্লবা মীওইবা,
অনীং অপাম পূম্নমক
থোকই  তানবগা নোইনমক,
ইনশিন্দবনি ধৰ্ম্ম  ’মত্তনা,
মশেন মশেন হাত্তোক্লৌ ।
লোইবা ঙম্নোই হাত্তোক্লবগা,
য়েক্লবা মাঙহনবা থক।
ঙম্নোই ফংবসু হাত্তোক্লবগা,
অনীং অপাম্বা পোৎশক্তু,
ফংগনি শোয়দনা মীহাৎপনা,
ঈশ্বর মাগী দণ্ডি,
পল্লগনু নোংমৈগী ঝা। ❑

# মতমগী য়াওল

অঙকপনি মতমগী যাওল,
ওল্লি লেপ্পা লৈতনা,
চাওখৎলি অওনবা লৈবনা -

ওল্লি মতমগী যাওল,
ওম্থুবিব্রা ওনখৎলিব্রা ওল্লি,
মথৌ তাই য়েংবৈ ।

থিনবশ্মী শেঙ্খোক লম্বী,
শূ-নোম্লগা ব্রানা,
পুন্সী লেন্নবা নুংঙাইন -

থিনবে নুংঙাইবা মীশিংসে,
মীবল মৎলগা ব্রাদনা,
নুংঙাই পুন্সী লেন্নবা ।

হৈনবা হোৎনবশ্মী লাইবিক,
কন্না পাবগা পাবাদু,
পাস তৌনবা পরীক্ষা -

হোৎনবে পাযনবা সার্টিফিকেৎ,
কন্না হোৎনৈ নোট তৌনবা,
চৎনদে লাইবিক কন্না পাবা ।

হাপ্পশ্মী অহৈবদা থবক,
তৌনৈ মথৌসু নীংথিনা,
সন্মান তৌনবশ্মী কর্ম্মচারীশিংদা -

হাপনৈ ময়োম চাউবদা,
মথৌসু খণ্ডনদে মশক,
তান্নৈ তলবতি চাউনবা ।

থেংনবস্মী শা লান,
অকন অথৌগী থবক্তা,
য়ুমগী নিপা মখৈনা -

থেংনবে সিফাই থানা,
য়ুম্নুবেম্বী ঈমা ইন্দোনশিংনা,
লোৎনবে নিপা কাংবু ।

থক্রুস্মী য়ুথক নাইনা য়ুদু,
অবাবা কোক্রুবা চীঙমী-তস্মী,
মফম মতম চানা -

থক্রুবে হৌজিক্তী লেম্লবগুম
নেশা কানবা তস্মীশিংনা
কানবে য়ুমায় মমাযদু ।

উম্লবস্মী তিন কংদনবা মনাদু,
চীঙমী ঈপা ইপুশিং
অকা-অকুম চৎপদা চীংগী -

উম্লবে হৌজিক্তী জর্দা খৈনি,
নিপা নুপী অযাম্বা মৈতৈ
নেশা ওইনা ময়াই কানা ।

শিবদা কিনবস্মী মী অমত্তং
হাৎনবমদে কনাসু পঙহাৎ
হাংলুবসু পীবস্মী দণ্ডি -

কিনদ্রে হৌজিক্তী শিবদা কনাসু
অমত্ত নত্তনা চবুন চবুন
লোইবে লাউথোক্ল খববদা ।

হায়নবন্মী পাপকী লন,
পান্নুগনু নুংঙাইবা যাদে,
পান্নবমদে অযান্বা পাপকী লন -

হায়নবে নুংঙাইবা যাদে ,
ব্রেক মনি য়াওদনা,
পান্নে হুবান শেন্দান লন্বী ।

অঙকপনি মতমগী যাওল । ❑

## অঙাওবনি মাদি

চৎহঞ্জনীং পুন্সী লম্বী অচুম্বদা,
যৌহঞ্জনীং পম্বুং মাগী মাগী,
লৈহঞ্জনীং নুংঙাইব পুন্সী মবেন্দ,
লৈমিন্ননীং নুংঙাইনা 'মত্ত ওইনা,
যৌহঞ্জনীং স্বর্গগুম্ন নুংঙাইব থাক্ত,
তাহঞ্জনীং হৌখিবা মাঙলমচৎ কযা,
উৎচনীং চৎকদবা পুন্সী লম্বী,
অসীমক্তগীনি ব্রাজবিবা অইবা কয়ানা,
যৈখাযবা থুগাযবা মাঙহনবা সমাজগী,
কল্লক মিহৌ অপাম মাঙওইন,
খঙহন্নীং য়েক্তুনা ইদুনা অইবনা,
ব্রাজৈ কপচৈ, তেংথাজৈ অইবনা,
তাগদৌব লৈখা মীওইবা সমাজনা,
ইবকনি অইবনা কলহৌবা ঙম্নবা,
লক্নবি ঙাঙনবি হায়নবি অঙাওবনি,
লৈতে অশাউব অইবনা চৈবগী,
পেনবসু লৈতে থাগৎপৈ অইবনা,
পেঞ্জবদনি মতৌবু উবগা নুংঙাইবা,
অচুম্বা লম্বীদা যৌবগা পম্বুং,
লৈতে তম্ফমশঙ অইবা কনাগী,
তাঙঙি তানফম অইবগী,
খঞ্জবনি মথন্ত, ইজবনি মদোম,
অঙাওবনি অইবদি, অঙাওবনি মাদি। ❑

## লৌজনাম থিরি

চংনবীনি চংনবী মতমগী,
লৌজনাম পুজনাম ওইজনাম ।
কনাদা কদাইদা লৈবগে
থিবিবা মীশক্তু ঐহাক্নী ।
লৈতে ঐঙোন্দা ইকাইবা,
ঙাংনীংবা ঙাংজৌ তুংদা ।
অঙম-অথৌ খনবা ঐনী,
ওফিসাব য়ানবসু ঐহাক্নী ।
লল্লোনগে নম্বব ফোব,
হোৎনবদা শেল ফংনবা ।
লৈবাক মাঙ্গে মাঙজৌ,
মীযাম শিগে শিজৌ ।
শেলবু পাযববা ঐহাক্ন,
ব্রাৎপা লৈবোই ঐগী মী ।
শেলবু তৎলবা মহাক্তু,
ঙাংজৌ ফন অচুম্বা,
লৈবোই তাবিনবা কনাসু ,
ওইজনাম লাংওন লোইদনা ।
পায়নবা হোৎনৌ শক্তি,
ঙমদবা লৈতে শক্তিনা ।
অথোইবদগী অথোইবা শক্তি,
ওইবনি মীযামগী শক্তিনা ।
খনলু শক্তি পায়বদু,
ঙমদ্রবসু নঙনা পায়বা ।
ব্রাৎলোই মথং খনবা,

খাস্তবনি ওইজনাম থিবা ।

মথং মথং লৈগনি,

শক্তিগী মকম থুপচনীং ।

ভাওনবিবা লৈবাক্তা ওইজনামগী,

কবিবু লৈবগে ওইজনাম নত্তনা ।

লৈবাক নত্তে সমাজবাদ কী

লৈবাক্কী সুবিধাবাদী ঐখোয়গী,

চোব কাববাব তৌদনা,

হুবান পোৎযোন নত্তনা ।

দলান মথোন শাগুম্লোই,

লৌবী যুম্ফম লেপগুম্লোই ।

গনতন্ত্র নত্তে তাৎতন্ত্রনি,

মতমগী লৈবাক মণিপুব ।

লৌজনাম পুজনাম ওইজনাম,

থিবিবা মীশক্তু ঐহাক্কী । ❑

# চীন্থাঙ ব্রাহৈ

## অনৌবা

১। অতনবা মীগী কোক্তা কুবুদ্ধিগী মকোন শাই।

২। পেম্মোকপা ঙমদবা মীদি নুংঙাইফম লৈতে।

৩। অৱাবা তাববা মতমদা ঐগী মী মশক খঙই।

৪। ৱাবেম ঙাঙবা তাবিনবা চঙই।

৫। নোংম থবক শূদবদি যাই, নোংম চাদবদি যাদে।

৬। মীগী মবাল থিগে খল্লবদি ঐগী ইবাল হান্ন খঙদোকপা ফে।

৭। হেন্না চাশিনবা হেন্না কন্দে।

৮। খঙদনা ঙাঙবদগীদি তুমিন লৈবনা হেন্ন ফৈ।

৯। লৈবক্তবদি ওইদবা ঙাঙদবা যাদবা তাঞ্জা লাকই।

১০। কোন্ন কোন্ন খঙলকই খঙবা লোইদনা শিবনা হাল্লি।

১১। পাপকী থবক তৌবগা লাইদ ইবাল কোকপিননবা হাযজবা লাইনা যানীংলমগদ্রা ?

১২। মশাগী মথৌদা থৱায় যাওন অমদি পুকচেল শেংনা তৌববু লৈবাক্কী সেবা তৌবা কৌই। (গান্ধী)

১৩। তাঞ্জা চানা থবক তৌবা অমদি ৱা ঙাঙবা ঙম্বা মীবু অশিংবা কৌই।

১৪। মতমগা চান্ননা অওনবা অমদি অহোংবা পুবকপা ঙম্বদু চাওখৎপা কৌই।

১৫। ওইজনাম পাম্বা মী মশেল কুইনা তিন্নবা যাদে।

১৬। হিংলিঙৈ মীবাযবা শিবগনা কপ্পা কবি ধর্ম্মনো।

১৭। অখাঙ কনবনা অকবা থবক পাঙথোকপা ঙম্মী।

১৮। তূংশিনবা হৈত্রবদি অখাঙবা পোৎ লৈতে।

১৯। শা ঙা যাম্না পাম্না চাবা মীদি অতোনবা জীববু নুংশিবা কযা খঙদে।

২০। নাবিঙৈদা লাযেংশেন তেংবাংনদে, শিবগদি তেংবাংনৈ। অঙকপনি ঐখোযগী চৎনবী।

২১। শেন্দোনগী খৎনবা শেন্দোনবনা হৌই।

২২। তানবগা তৌবা থবক্কী শোয়ববসু মীৱা ইতোমতা তাদে।

২৩। লাম্লুববদি পাঙ্গল থোকপা যাদে।

২৪। শিনফম মান্নবা মশেল ৱাবী নুংঙাই।

২৫। মবুক শেংদবা মীদি অমম্বা হৈনে।

২৬। থৱাযনা যানীংদবা থবক্তী তৌদবনা ফৈ।

২৭। ঙল্লিঙৈদা মীগী মতেং খবা পাংহৌবা ফৈ।

২৮। চোপ্পা চাবা মচি কাগন্দে।

২৯। তাঞ্জা নাম্বোকখিবা তুংদ নীংঙল্লক্তে।

৩০। তুংদা ৱা ঙাঙ্গনবা অফবা মী চিংদে।

৩১। মতীক মপা চাদনা থবক তৌবা অৱাবা মাযোক্লে।

৩২। শাউগনবা মীবুদি শাউগন্দবা মীনা লাকচৈ।

৩৩। অশোনবদা কনবা মবিল লৈবা থানদে।

৩৪। হান্না ৱাবগা কোন্ন নুংঙাইবা ফৈ।

৩৫। মীবল পান্নুববদি ইবল চৎকল্লি।

৩৬। খন্নবা যাবক্তুবদি খৎনবা ওল্লি।

৩৭। ৱা ঙাঙথোকপদি লায, লুবিবদি অতাবনা কবি খনখিগদগে হাযবদুনি।

৩৮। অচুম্বা ঙাক্ত ঙাঙলবসু ফত্তবা লাকই।

৩৯। ঐনা ঙম্বা ঙাক্তা তানগনু মীবুসু খবা ঙমহল্লু।

৪০। অচুম্বগী মীচঙ লৈতে ৱাকগনু।

৪১। পুকচেল শেপ্লবদি ৱাঙাঙসু শেপই।

৪২। লাল্লে খঙলবদি, লাল্লে হাযহৌবনা মফবে।

৪৩। থাজগনবা অশোযবা নংগল্লি।

৪৪। মীনুংশি, থৌজাল, কখোকপা ঙম্বা লৈতবা মফমদা অশোন অনাগী চঙজফম লৈবোই।

৪৫। লাযববনা নাবদি শিবমদাইদা লায়েংই।

৪৬। থাজবা মীগা ৱা তানবা নুংঙাই।

৪৭। শিল্লঙবগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা থবক্তী শেল খুৎশিন্নবা থবক্লী।

৪৮। বিজ্ঞানগী থাক ৱাংখৎলকই মখৈ লাযববগী থবক ইনাক খুনবনা শূয।

৪৯। অচুম অবান যেংদনা মশাগী কান্নবা যেংলগা মীচঙ শাবা হৌনদে।

৫০। য়ানীংদবা মীদি লাপথোক্লবা ফৈ ।

৫১। লৈখৎ লৈখৎলগা মন্থদি লালটেন থাউমৈনি (মতীক লৈতনা মগুন উৎপা)

৫২। নুংশিদবা বামোনগী লাইদা শিদ্ধা কৎনীংদে ।

৫৩। মচা নিপাগী মগুন মৌ থিবগা খণ্ডই ।

৫৪। ফাওগে খল্লবদি মী মবক্তা ফাওহৌ ।

৫৫। পুকচেল শেংদবা মীগা মীচঙ ওইদৌ শক্তক মীচঙ য়াওদবনা ফৈ ।

৫৬। ভাৎ হৈবা মীদি ঙাইহাক্কী খুদোং চাবা ফংগল্লি ।

৫৭। ষন্দা তোংবা হয়িং চুহীদা মিহৌদে ।

৫৮। খলমল্লবসু তাঞ্জা নাম্ভোকই ।

৫৯। মবুক ফত্তবা মীগী চন্নফম চাউববা মালেমসীদা লৈতে ।

৬০। মৈকংদা খজিক্তং লেংবা, মতোন্দা আ যৌই ।

৬১। মাঙহন তাকহনবা লোইবগা কোন্না জ্ঞান তাবকপা মীবু কোনশিং কৌই ।

৬২। কল্লক চাউবা মীদি চোপ্পা তোযনা নংই ।

৬৩। ফত্তবা হৈনবীদি ইশানা থাদোকপা নত্তনা মীনা থাদোকহনবা ঙমদে ।

৬৪। উপায লৈত্রবা মীদা উশিন্নদবগী মহুত্তা অঙম্বা মতেং পাংবিবনা ফৈ ।

৬৫। মবুক্তা ঐনা মহেল্লে খনবা বা ঙাংনবা নুংঙাইতবা মীবু নুংথোযনবা কৌনৈ।

৬৬। অফবা মী শিবগা শোন্নৈ, ফত্তবা মীদি শিবগা পেন্নৈ ।

৬৭। লাই ফত্তবদি মচীঞ্জাক পীবগা হায়নবা যাই হাযনৈ। মী ফত্তবদি মচীঞ্জাক পীবগা হাযনবা যাদে ।

৬৮। কিহল্লগা যোকপা অঙাং কিগল্লি ।

৬৯। অপঙবনা তাকথোকই, অশিংবনা তমশিল্লি ।

৭০। চান্নবা মরূপ কাযনবা অৱাবগী মশক্লী ।

৭১। অপঙবনা চাবা শেন্দি পঙন চায থুনা খণ্ডই, অশিংবনা চাবা শেন্দি শিংনা চায তপ্পা খণ্ডই ।

৭২। থবক তৌবদা ৱা যাম্না তানমল্লবসু থবক পাঙথোকপা ৱায় ।

৭৩। মীগী অশোযবা থিমল্লবসু ফত্তবা মী ওল্লকই ।

৭৪। মান্নবা থাক্তা লৈবা মীগা তিন্নবা নুংঙাই ।

৭৫। খুৎলাযগী মতেংনা থৌনা ফবা অশেংবা থৌনা নত্তে, অশেংবদি কথোকপা ঙম্বদুনি ।

৭৬। অচাউবম কাবা পাম্বা কোন্না ব্রাগল্লি।

৭৭। ব্রাংনা থাগৎপা পাম্লুগনু থীনা তাগল্লি।

৭৮। পূকচেল খোয়জেন তিন্ননা লৈবা ইমুংনা ইনাকখুনবা ইমুংদগী হেন্না নুংঙাই।

৭৯। লোয়নবা নুংঙাইতবা মীদি মশক উদ্রগা নুংঙাই।

৮০। অশিংবা অমনা মিকুপ অমদা ফংবা ঙম্বা লৌশিংদু অপঙবা অমনা চহী অমদা ফংবা ঙমদে।

৮১। যেক্লবনা শেন হাত্তে, চান্নবনা শেন হাৎলি।

৮২। মপা মমা নীংদবা মচা পোকপবু, মচা পোকপগী মহৈ যান্দবা কৌই।

৮৩। নুংশিবগী শিদোক্লে, অপাম্বগী হাত্তোক্লে।

৮৪। লাযববা কোক্লবা পাম্বেদি তন্দবনি।

৮৫। বিজ্ঞানগী থাক ব্রাংলিমখৈ অন্ধবিশ্বাসকী থাক নেমথৈ।

৮৬। অশিংবনা তুংগী খল্লি। অপঙবনা হৌজিক্কী খল্লি।

৮৭। অফবা অহন্দী নহা ওইবিখৈদগীসু ফৈ।

৮৮। মপাম্বোংদা ফত্তবদগীদি নুংদা ফত্তবনা হেন্না শাথী।

৮৯। লিংজেন মান্নবগা থবক লাযনা পাঙথোকপা ঙম্মী খঙন খঙন লিংজেন মান্নবা পাক ঙমদে।

৯০। দেব কর্ম্মদা শেম্থা কনবা তান্নবা লাযববা কাঙবুগীদি যেক্লবনি।

৯১। ফংলোইদবা থবক্তা ঙাইবা কোন্না অপঙবা তাই।

৯২। লাযনাগী হিদাক লৈ, অতন লাযনাগী হিদাক লৈতে।

৯৩। নোংমদি শোযদনা শিগনি হাযবা কাউদবা ঙল্লবদি পাপকী থবক তৌনীংলোই।

৯৪। থবক্কী পুনফমদি ফৈ, শূদবগী পূনফম ওইবদি ফত্তে।

৯৫। থবক শূবনা হকচাং শাজেল ওই, হেন্না শূবগনা লায়থুং ওই।

৯৬। শোয়কব্বগী কনবিনিঙাই লাকই, উশিৎলুদবগীদি চৈ লাকই।

৯৭। চোপ্তুক শূবগা লেমতক চায়, লেমতক শূবগা চোপ্তুক চায়।

৯৮। যু থকপনা মচাগী শব্দক খাক্লীংদে, শঙ্গোম থকপদি মশাগী শব্দক খাক্লীংই।

৯৯। লেমজা চাবা কুইনা চাবা য়াদে হমাংমন্না চাবা কুইনা চায়।

১০০। খ্বাইদগী শাথীবা শাদি মীনা ওনবা শানি।

## চীন্থাঙ ৱাহৈ

### অরিবা

১। মচা ফত্তবা চাউবা ঙাই, মৱা ফত্তবা শিবা ঙাই ।

২। লৈগী মনম নুংশিৎনা পুই মীগী মনম চীন্না পুই ।

৩। পাৎ চাবদা মাঙলগা খোই চোপ্লদা হিঞ্জিন্নবা হোৎনবা।

৪। লু কোকপা কুমদা লেন তাবা ।

৫। কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবা ।

৬। ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি ।

৭। অখাঙ কল্লগা ফম্মেন ফম্মী ।

৮। অনম কল্লগা মাইবী চঙই ।

৯। উচি কল্লক ময়ুম মৈ থাবা ।

১০। নুমিৎ তাবা মফমদা কৈ ওক্লবা ।

১১। শাযবা কল্লগা ওইনম্মী ।

১২। অহল মথীনা চফু মেল্লি ।

১৩। মী অহল যোং, উ অহল লাই ।

১৪। মপাম খাবৈ অমা, মৱামযুম খাবৈ অমা ।

১৫। লৈবক অমা শৈশক অমা, লৈকাই অমা ৱাহৈ অমা ।

১৬। হূই মমৈ অকোনবা ৱাচপ থাবগা তিংথোকহনবা ঙমদে ।

১৭। শামুনা মযাং কংলবসু, ইবোইমুক চাউই ।

১৮। ইখুৎ লাম্থোক্লগা মীখুৎ লানশিল্লকই ।

১৯। ডাকুগী মখুত্তগী ডাকাত্তিনা লাকপা ।

২০। কৈবায খুকম্বগী মহুত্তা যুম্বুবেম্বী ওইনা খুকম্মু ।

২১। মহাউ লৈখাযবা ঙমদবা ।

২২। কাংখদা লিন চঙবা ।

২৩। তোবৈ তবেৎকী ঈশিং থক্লবা মী ।

২৪। মীগী মীখা থাবদি পত্তে, উ-ৱাগী মখা থাবদি পৎলি ।

২৫। হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীকং উবগা চোংথৈ ।

২৬। নোং চুবগা থীকং পোপথোকপা ।

২৭। খুনুনা মথোঙদা কল্লি ।

২৮। মচাগী মপান কপ্পা চায, মরাগী মপান নোক্লা চায় ।

২৯। খুগ্রাং তোংবনা শূবগা খোঙ্ভুপ তোংবনা চায় ।

৩০। পোয়নুদদি উচিদসু মতূ তবেৎ লোল্লি ।

৩১। মথুন কোং কোং লাউবা নাম্মৈ চকনা শম্বা ।

৩২। লাইবেন মমৈদনা মী হাৎলি ।

৩৩। নুংবু নুংশিনববদি হৈক্রু মনাদা হিপ্পা চল্লি ।

৩৪। হুইনাও চাল্লগা লৈতোন লেকই ।

৩৫। কাঙ চাকচা যাখুন নাইদবা ।

৩৬। উচি চাকচা চাবা ।

৩৭। চাদ শিন্ন চাখোম চাউ, যেংদ শিন্ন মিৎলাউবা ।

৩৮। চাবোই খঙনা বার্ত্তোন তৌবা ।

৩৯। নোংমাংখা মখোঙদা চিনিনা পূঙ থোল্লবসু থুমহনবা ঙমদে ।

৪০। লাযবমচা শগোল তোংবা তম্মু ইনাক খুনবা মচা ফৌশু চোঙজোয তম্মু ।

৪১। অবীকপগী মবল শূম্মা চায ।

৪২। চেঙ পূবগা চেঙ শিং, ফৌ পূবগা ফৌ শিং ।

৪৩। নাচন মথীনা পাহোম্মী।

৪৪। মীনা শিবনা চীন্দা, শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা ।

৪৫। কৈনবু তোকপা পোকপ্রা ।

৪৬। ইকাই খাঙদগী কঙ কোৎপা ।

৪৭। হৌদোঙ ভক্তি, ক্বাক থৌগন ।

৪৮। লিনসু শিনবা চৈশুসু তেকহন্দবা ।

৪৯। চফু কাযবগা ক্বাক্ল হবাউই ।

৫০। ইকাই খঙদবা মীগী হিদাক লৈতে ।

৫১। কিবু কিববদি হাবুঙনসু লাই ওল্লি ।

৫২। লৈপূঙনা ষন শাবা মো খোংদে ।

৫৩। উ লৈতবা লমদা কেগেনা যুম্বী ওইবা ।

৫৪। অঙাওবনা ফৌ শুবা চাবা নোংখন্নে ।

৫৫। কেনা নোক্কে তৌবদা নপ চোংথোবকপা ।

৫৬। থীঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদ তাইনবা ।

৫৭। হূদনা হূববদি লৈম হূ ।

৫৮। শামু চাজেন চেনবা ।

৫৯। লমহূই লৌশিং ।

৬০। লৌশিংদা কৈ হনুবা ।

৬১। হৈনৌজোম য়ুম্বান তেলঙ্গা যাহিপ ।

৬২। অপঙবনা মতৃ ফুয, অশিংবনা মোন ফুয়।

৬৩। তবাগী চৈশুনা লেংথোং ফায ।

৬৪। নাউফম্না মমা চেন্নে ।

৬৫। চীঙদা চুবে লোক্তা তাই, লোক্তা চুবে লোক্তা তাই ।

৬৬। ক্বাক লৈতবা লমদা নোং ঙান্দবা লৈতে ।

৬৭। ঊশূক্র লাইনীং কল্লগা খন্নাংচাক ওহি ।

৬৮। হূবানব নকোক্তা নাপী পক্লে ।

৬৯। ক্বা মতপ অমনা চীন পৈ ।

৭০। তূমশিন্নবা মী হৌদোকপা ব্রায ।

৭১। লিন্না চীক্তবা মী হূগী মগুন খঙদে ।

৭২। কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈন তাং ।

৭৩। শামুনা উবোক থোং লানবা উববসু উদে হাযযু ।

৭৪। তাখৎ তাখৎল হেন্ন কিবক্তবা ।

৭৫। ফৌ শুবগুম পাউমেল্লগা চেঙ চোইবগুম্না নাম্থোকপা ।

৭৬। যেনখা পাউতাবী সাইগঙ পোল্লিবী ।

৭৭। শামু মথুন্দ পেনা খোংবা ।

৭৮। পাৎলিঙৈদদি হয়িংদসু নোঞ্জৌ ।

৭৯। পূক্তা যেংনা চাক হাপউ । নমদা যেংন ফি থোল্লু ।

৮০। খুজোক্ল চোক্লগা খুযানা যাবা ।

৮১। নিংথৌগী নাকোঙ ফক্লাংদ খেৎলি ।

৮২। লমগী ষননা মচী শাংই ।

৮৩। হ্বানবা মতুং মৈবিংবা ।

৮৪। লিন্না মখুন চঙলমদাইদা চুম্মী ।

৮৫। নামা হাযবিঙৈদা যাদ্রগা পোৎমা লোল্লগা যাবা ।

৮৬। পেম্মা যেলহৌ ফবী তুংগী পোলোই যেংনসী ।

৮৭। খোই মহুমদা চৈনা থিনবা ।

৮৮। হা-উবোক ! নমাঙসু লাং নতুংসু তেন ।

৮৯। নূং অনীগী মবক্তা হা ওইবা ।

৯০। ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা লৌশিত্তা খাজনা থীবা ।

৯১। লম্বী অশম্বা চৎপা গুরু শিবা নংদে ।

৯২। পাঙন যৌনাইদবনা খোইদিং পোৎমা হৈদোক্লগা খুন্দুনা শান্নে ।

৯৩। থৌবান্দোংগী চফুবু কাযনবা যৈব্রা ?

৯৪। ফাম্রবা ঈশৈদি নোংমত্তং ওইববসু ঙংলকই ।

৯৫। খল্ল খল্লগা কোইজোম্বা থেংনৈ ।

৯৬। যাকা যেংলগা থবক তৌ ।

৯৭। পামেন কবি উনা শাবা তবেঙনো শিঞ্জংদেদা, শিনকাউবে ।

৯৮। অঙাংদি নীংথাদা খঙই ।

৯৯। মাইব তুক তুক ।

১০০। খোস্ত্রাই শৎলিঙৈদা ষননা ব্রাইবা ।

১০১। চাক চাকৃং অমনা চেঙ চেঙ্কোক অমা মাংথোকপা ।

১০২। শাগৈগী মৈতান অশিবা ।

১০৩। উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবা ।

১০৪। অপঙ কম্বী ।

১০৫। মশিংখানা মবিল ফোইদৎপা ।

১০৬। থৌ লৈতনা থৌথিবা ।

১০৭। হূইনা খোঙ্গগদবদা খোংদনা গধানা খোংলুবদা চৈ চাবা ।

১০৮। ধাবা মবী নোবো পবেং ।

১০৯। ব্যবভাব লপ্তা কৎপা ।

১১০। খাবৌ লাইবৌ চেনবা ।

১১১। অকুৎপদা লৈতৌবা অতোঙবদা লৈথোনবা ।

১১২। মৈবীকপীদগী মৈজাউবী হৌবা ।

১১৩। অৰাব শংবায নুংঙাইব লাইতং ।

১১৪। মতু নাম তৎপা ।

১১৫। ঈথোঙগী থবোই অহাম্বা অমা কাযবা ।

১১৬। লৈতোন শব্দ পান্দবা ।

১১৭। হৌবিঙেদা হৌহৌবো ।

১১৮। শোন্ন শেঙ্গাউ লাকপা ।

১১৯। ঘীদা কৃপ্তুনা ঘীথীদা কৃপ্পা ।

১২০। অকনবগী লাম্বা ৱাৎপা নাইদে, অশোনবগী লাম্বাদি থিবা ৱায । ❑

- লোইরবা -

*মথংদা পুথোকচগদবা :-*

- ৱাবী শিংজু - ৱাবী মচা ।
- নিংথৌ চিংথংখোম্বা - লাবৈ লাথুপ ।
- মোইবাংদা ইলেক্সন - লিলা মচা ।

Printed at Pioneer Offset Printers, Kakching